# শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন

খোমজিনবা :
শ্রীকোঙ্গেংবম ধন সিংহ
কৈশামথোং, লাইশোম লৈরক, ইম্ফাল।

মমল— লুপা ৫.৫০

থোংবা
শ্রীকোঙ্গেংবম ধন সিংহ
ইম্ফাল।




অহানবা থুংলবা
শোক ১৯৬৮
কোপী ১০০০

নাপ্পম :— দি সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল

# শ্রীশ্রীগোবিন্দ জয়তি

এষ পূর্ব্বোদিশাং ভাগ ব্যাসেনা মিত তেজসা। তস্যা খেৎভারত নাম্না মণিপুর প্রচক্ষতে। রম্যং মণিপুরং নাম বভ্রুবাহন পালিতং, দ্বিতিয়মীব বৈকুণ্ঠ স্থাপিতং বিষ্ণুনাঙ্কিতৌ। বভ্রুবাহন নাম মমপ্রাণ ম'হচর সকলজীব, নিকায় কায় পাল। অস্মিন দেশে প্রসুতালনাং শ্রী গোবিন্দক্য চেতসাং ভক্তি যোগ বিধানার্থং কন্যাখৎ উদয়ে গিরৌ। আবির্বভুব শ্রীগোবিন্দ ভাগ্যচন্দ্র দয়া বশঃ। তত্রাবির্ভূয় শ্রীগোবিন্দ রাস ক্রিয়া মনুর্ব্বত।

# শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ জয়তি

## শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ

সংসারগী অমম্বা সমুদ্রদা জ্ঞান মাংহুনা লৈরবা জীবশিংগী খম্মোইদা জ্ঞানগী থাওমৈ ওইরিবা ননাই ঐহাক্কী শ্রীগুরুদেব শ্রীযুক্ত শাপম ওঝা চাওবা সিংহ, শেলুংবা, মমা পালা অথম্বগী তুহারগী শ্রীচরন্দা হন্না হন্না খুরুমজরি। ননাই ঐগী গুরুদেবগী মিংচত্তি শ্রীযুক্ত তোনাম্বা চাওবা কোযে য়েংপা হায়না, তুপী অঙাং খায়দনা, মকম শিম্বা থুংনা মীতৈনা লৈবা লম পুম্নমক্তা গুরুদেববু খঙদবা লৈতে। ওঝা ইবুংঙোসি অরাবা, ফজবা, অকেবা অমসুং অনানবা পুম্নমক্তা সমাজগী মকোক থোংবা অমনি। পিশক পিক্লিঙৈদগী পুং ইশৈ অমসুং হরিসঙ্কীর্ত্তণদা থরায় হকচাং কথোক্তুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দ জীউগী থৌগল তৌজরক্লবা অমসুং শ্রীল শ্রীযুক্ত মহারাজ সার চূড়াচাঁন্দ মমা হাক্তুগী থৌগল তৌজকপনা মচাইবুংঙো ৺বোদ্ধচন্দ্র মহারাজগী মমা হাক্তক ফাওবা থৌগল তৌরম্লগা চহি ৫৯ শুবদা স্বর্গতি ওইখি। শ্রীগুরুদেবনা স্বর্গতি ওইরবা মতুংদা তোম্লবা ননাইবু গুরুদেবগী কৃপানা শ্রীশ্রীগোবিন্দ জীউগী থৌগল, ৺শ্রীযুক্ত বোদ্ধচন্দ্র মহারাজগী থৌগল অমসুং মচা ইবুংঙো শ্রীযুক্ত মহারাজ ওকেন্দ্রজিৎকী মমা হাক্তক ফাওবা থৌগল ফংহনবিহুনা ওঝাশিং পুম্নমক্কী সেবা ফংহনবিরিবা অসি শ্রীগুরুদেবগী কৃপাননি। ননাই ঐগী শক্তিনা নচদে।

শ্রীগুরুদেবগী কৃপানা লমজিং ওইবিহুনা খ্বাইগী সেবাগী মশক ওইনা, মনিপুরগী লাই ওইরবা ওঝাশিংনা থম্বিরম্লবা সঙ্কীর্ত্তণগী মচাক থরদংবু থোমজিন্নহুনা পাংজরবা ননাইনা শ্রীগুরুদেবগী শ্রীচরণ কোঞ্জহনা। শ্রীগোবিন্দজীগী চরন্দা থরায় হকচাংগা লোয়ননা আত্মা সমর্পন তৌজরি। অরাং অরানবা যাওরম্লবসু ওঝাশিংনা ননাইগী রাখল থনবিদনা স্বর্গীয ওঝা ইবুংঙোবু নিংশিংবিহুনা অরাল অহুই য়েংবিদনা লৌবিয়ু হায়না ননাইনা হন্না হন্না খুরুমজরি।

নোম্লুকচরিবা— শ্রীকোঞ্জেংবম থন সিংহ
সাং কৈশামথোং লাইশোম লৈরক, ইম্ফাল ( মনিপুর )

# ৱাহৈ খর

ওজা ধনবু শক থংজরকপা কুইরে। নটকী মায়কৈদা ত্বহার ওইনা মিং লৈরবা অমস্তুং কোকয়েং য়েংপদা থুং নানবা লগ্গাই ওইবা রাসী হাপ্পা চম্ব ওজানি। মতম খর ঐনা মণিপুর সঙ্গীত নাট্য সভাগী থবক পুক্ষরিভৈদা পুং ইশৈগী অরুবা রা ভাগুন-নৈনবা মতমদা হিরম অয়াম্বদা ওজা নাইবগী গুণ কয়ামরুম ওজাদগী উজখি। হন্দক "শ্রীশ্রীহরি সংকীর্ত্তণ" হায়বা মণিপুরগী পুং ইশৈ জগোইগী মরীদা থোইদোক হেন্দোক্লা নটপালাগী মরমদা ইবা লাইরিক অমা ওজানা ইতুনা ছাপা নম্বা লোইরে। পাজরগা ৱাহৈ খরদং ইজৌ হায়জুনা শিন্নবীরৈ। ওজানা লাইরিক অসি ইবগীদি ঐনা য়াম্না মুংঙাইহৈ। অদুবু লাইরিক অসিগী মরমদা ঐনা অমুক ইগনি হায়বসিমদি ঐভোন্দা খর লুম্না থোকই ইতিক ইপা চাদবনা, ওজানা অতোপ্পা কনাগুম্বদা অসিগুম্বা সম্মান অসি পীবিরম্বনা ফগদ্রা হায়বসি খঞ্জে

মণিপুরগী বৈষ্ণব সমাজগী পুন্সিগী শোয়দনা চঙদবা য়াদবা পোৎচঙ অমা ওইরব' নটপালানি। হীরম অসিদা ছাপা নম্বা লাইরিক ইরৈ লৈত্রি হায়বা য়ারি। মতমগী শিক্ষা য়াম্না লৈত্রবস্তু হীরম অসিদা তশেংনা খোঙদারিবা ওজাশিংদগী খোরকপা ৱারোলগী মমল হায়জুনা কান্নদে। ওজাগী "শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ" দা নটপালাগী মরী মখোঙ অমস্তুং হৌজিকমক চৎলিবা ইশৈ রাগ তাল অয়াম্বগী মরম ইরি। ইরিবশিং অসি হীরম অসিদা খঙনিংবশিংগীদি য়াম্না কান্নরগনি হায়না খঞ্জে।

রাগ অমসুং ছন্দ মশক তাকপদা নটপালাগী অরিবা মীরোলগী ইশৈগী মরোল শীজিন্নবগী মতাংনা লাইরিক অসিগী অচৌবা শরুক ওইরি। নটপালাদা ইমারোল পুশিনবগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকপসি মৈতৈ বৈষ্ণবশিংগী মঙ্গলগী মশক্নি। ঈহৌ অসি নট-পালাগী ওঝাশিংনা মশক থোকহনবীরে অমসুং তুং কোইনা লৈহৌনবা শীনবিরি। নটপালাগী মরমদা ফোঙবা লাইরিক মরু ওইবশিংনা ঈহৌ অসি পনবদা নত্তনা হেন্না পাঙ্গল হাপ্পীবা দরকার ওইবরা হায়না খল্লি। ওজাগী লাইরিক অসিনা অনৌবা ঈহৌ অসিবু ফত্তেদি হায়বীত্রবসু ইপন পনবীদবসিনা অপাবশিংগী পুক্নিংদা চিংনবা পোকত্রা খল্লকপসু য়াওই। অতৃগী মথক্তা পনবীরিবা মীরোলগী ইশৈ ময়াম অসিনা মীরোলগী মপাঙ্গল কনখৎলক্তত্রসু চিংনৈ অত্তবু ওঝানা চানবীত্নুনা ঐডোম্দা ইনিঙ তম্না মত ফোঙননবা পাঙ্গল পীবিনদগী র.হৈ খর পঙবসিনা লাইরিক অসিগী মরমদা ঐনা চিংনজ্জরম্বত্থু কোকহনবীরে। মতৌ অসিগুম্না লাইরিক অসিবু পাবীবশিংনসু মীরোলগী ঈশৈশিং অসিবু খঙবীবগা ইমাবোল ওন্থোক্নবা হোৎনবীবা ওইসনু। লাইরিক ইবীরিবা ওঝাগী ইমারোলদা লেংলিবা রারেংসু জৈজ — অকোনবদা ফোঙবীগদবা লাইরিক লৈবীরবদি মীরোলগী ঈশৈশিং অসিগী মহুৎ ওইবা য়াবা ইমারোলগী শৈরেং হাপ্পীনবা হোৎনরক্নি থাজৈ।

নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ
তাং। ২৬। ১১। ৬৮ ইং

# ৱাহৌদোক

সংকীর্ত্তণ হায়বা অসি মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজগী মফমদদি মহা যজ্ঞনি। নামকীর্ত্তণদনা বৈষ্ণবশিংগীদি লান্নবগী মশক ওইরি। অসি-গুম্বা মণিপুরী সংকীর্ত্তণ অসিদা বাংলা দেশতগী চঙলকপা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী লাইনীং লাইশোনগা লোয়ননা মণিপুরীশিংগী থায়নগী লৈজরম্বা লাইনীং ঈশৈ শৈশক অমসুং জগোয়নচিংবা কয়াগা পুনখিত্তুনা তোপ তোপ্পা ফজবা অনৌবা মশক অমা ওইরি। অসিগুম্বা মশক অসি থোকহল্লকপদা ধর্ম্ম শাস্ত্র খঙলবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অমসুং পণ্ডিত কয়াগী অমসুং ঈশৈ জগোয়দা হৈরবা ওঝা গুরু কয়াগী কথোকপ্রবা পুঙ্জিগী দান শোয়দনা য়াওরিবনি। মহারাজ গবীবনিৱাজদগী চেল্লকপা ঈচেলনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা ঈহৌ ৱকপনা মথং মথং ঈরোং কয়া ফাংলক্তুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি ফাওবদ অঙকপা ফংনা চাওখৎলম্বা অসিগুম্বা মণিপুরগী সঙ্কীর্ত্তণগী মশকনি।

অসিগুম্বা লাইনীং অসি অহল লমন থরগী থম্মোইদা চেৎনা লোন্তুনা থমখিবনা ঐখোয়না অমুক নোহৌনা পুথোক্তুনা তাকপা অমসুং মতমগী খিনবগী খোঙথাংগা লোয়ননা খঙজিনবা মতম চারে। লৈখিদ্রবা পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু বিদ্যারত্ন গবেষনা শিরোমনিনা ফনা য়াম্না কৃপশিন্না খিজিন্দুনা মণিপুরদদসু নত্তনা ভারতকী মফম অতৈদা তাক্লবা হোৎনবীরমই। মথংদা পুং ঈশৈগী ওঝাশিং থরনা অমসুং থোইদোক্লসু জগোয়গী সংস্থান শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়গী ওঝাশিং অমসুং পণ্ডিতশিংনা ফনা য়াম্না লাইরিক কয়া ফোঙতুনা শন্দোক্লবা লাক্লরি। মায়কৈ অসোমদা ঐখোয়না কাউফম থোক্তুবা লৈখিদ্রবা সংকীর্ত্তণগী ওঝা অমদি কোজেংবম অতোয়াইমা সিংহ, অসিনচিংবনি। ওঝা অসিদা ঈশৈ জগোয়গী পণ্ডিত অমসুং কলাকার ওইবগী গুণ অনিমক নীংখিজনা পুম্না লৈবা থেংনখি। অতুবু

লাইবক থীবনা শীংথানবা য়াবা লাইরিক্তি ওঝা অসিগী মফমদগী ফংখিদে। পুম্নমক অসি লৈত্নুনস্তু ঐথোয়না তশেংনা য়াবা তাই মণিপুরী সংকীর্ত্তনবু ঐথোয়না খঙবা য়োৎপ্রি। ফংলিবা খরা অসিদি পাক্নবা ঈশিং ঈপাক্কী ঈরিক অমগুম্বতনি।

অসিগুম্বা সংকীর্ত্তনগী মায়কৈদা পুন্সি কথোক্লবা তুহারগী ওঝা শ্রীকোঞ্জেংবম ধন সিংহনা হন্দক "শ্রীশ্রীহরি সংকীর্ত্তন" কৌবা লাইরিক অমা রানা খোমজিন্দুনা পুথোরকপসি থাগৎনীঙাইনি। ওঝা অসি মণিপুরনা কাউনবা ঙমদ্রিবা লৈখিদ্রবা শাপম ওঝা চাউবা সিংহগী সেবকনি অমসুং হৌজিক ফাওবা সনা কোম্নুংগা থাদোক্লদ্রিবা অমনি। লাইরিক অসিনা মপুং ওইনা খোমজিনবা অমসুং থিরুত্নুনা পুথোকপনা মপুং ওইবনা লৈখিদ্রবা ওঝা অতোয়াইমা সিংহনচিংবা মণিপুরগী ঈশৈ জগোয়গী ওঝা অমসুং পণ্ডিতশিংনা খল্লম্বা রাখল, চথোক্লম্বা কয়া অমসুং তাকপীরকপা কয়া শোয়দনা য়াওগনি। অসিমক্কা লাইরিক্কী গুণ অসি য়াম্নমক হেঙ্গৎহল্লি। মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী ওঝাশিংনা তোয়না শীজিন্নরম্বা সঙ্গীত পারিজাত, সঙ্গীত রত্নাকরনচিংবা লাইরিক্কী চাউরাকপা মশক তাকপদা নত্তনা থায়নদগী হৌজিক ফাওবা শক্লরিবা ঈশৈগী রাগ রাগিনী অমসুং তালশিংগী মমিং অমসুং মখোয়সিগা কোম্নবা ঈশৈ মমিং কয়া য়াওরি। ঐখোয়না কাউনরক্লবা অমসুং খঙলমদবা সংকীর্ত্তনগী ওঝা কয়াগী মমিংসু নীংথিজনা পল্লি। অসিনা লাইরিক অসি মণিপুরী সংকীর্ত্তনবু মশক খঙনীংবা অমসুং বৈষ্ণবগী লাইনীংবু থিজিন্নিংবা কয়াগী মফমদদি মমল য়াম্নবা লাইরিক অমা ওইরে। মণিপুরগী অরিবা সংস্কৃতিবু তাকপগী মায়কৈদা লাইরিক অসি শীংথানবা য়াবা অমা শোয়দনা ওইরে।

ওঝা ধন সিংহগী লাইরিক অসি য়াম্নমক পাণ্ডিত্য উত্তুনা মচা তানা থাইদোক্তুনা ইবা লাইরিক হায়বত্নমক্তি থোকত্রবসু থায়নগী পণ্ডিত অমসুং ওঝাশিংগী থোকউ থোকউবা রাখল অমসুং

নীংলক নীংলকপা কয়াবু চেকশিন্না থম্বনা পাবদা মতা অমা ওইনা হুংঙাইবনি। সংস্কৃত, বাংলা অমসুং মণিপুরীনা তৎন থানবা লৈতনা য়াম্নবনা মায়কৈ অসোমদা খোঙদাব্রিবা কয়াগী মফমদদি তশেংনা হুংঙাইবা পোক্কনি। অশেংবমকস্থ লাইরিক অসি হৌজিক্কী বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদগী কূপশিন্না নৈনরুদনা সংকীর্ত্তণগী পণ্ডিত অমদা পোক্লকপা ভাবশিং অমসুং থেংনরুবা কয়া নীংথিজনা পুথোরকপা লাইরিকনি।

লাইরিক অসি ফোঙদোকপীরকপগীদমক মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজনা লেখকপু থাগৎফম থোকই। অসিগুম্বা অস্থম অস্থম মাঙশিল্লরুবা অমসুং কাউনরক্লবা সংকীর্ত্তণগী জগৎতগী লৈজবা শক্তিনা খোমজিনবীহুনা হৌজিক্কী অমসুং তুংগী মীরোনগীদমক লাইরিক অসিমতং থম্বীরম্বা অসি মণিপুরী জাতিগী ওইনা লাইবক ফবনি।

এলাংবম লৈকায়
২০/১১/৬৮

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ
অধ্যাপক, ডি, এম কলেজ

# শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ জয়তি

## শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ

ঐহাক্না ডান্স কলেজগী ছাত্র অমা ওইনা লৈজবা মতমদা মণিপুরগী লাই ওইগ্রবা ওঝা কোঙ্জেংবম অতোয়াইমা সিংহ সঙ্গীতাচর্য্য ২সুং ওঝা চুংখাম শ্রীথম্বালঅঙৌ সিংহ অনিনা ননাই ঐহাক অসিবু য়েংকা ওইগা তৌহ্নুনা তাকপি তম্বিরম্বা সঙ্কীর্ত্তণগী মচাক খরদংবু শোমজিনজহৌহুনা সঙ্কীর্ত্তণগী লাইরিক পুক্লৈদা মশিং অমতং পাংজত্রবা ননাইনা হাপচবা অসি ননাইগী শক্তিনা নৎচদে ঐগী ওঝা ইবুংঙোগী কৃপাদগিনি লাইরিক অসিনা সঙ্কীর্ত্তণ প্রেমিশীংগী থমোইদা করিগুম্বা পীগদোরিবা জ্ঞানগী মঙান অহু ননাই ঐহাক্কী গুরুদেব অমসুং ওঝাশিংগী গুম্না ফংবিবা ওইসনু।

শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ হাইবা লাইরিক মচা অসি ফোংজগে খনজবা মতম য়াম্না কুইরবনি। হন্দক পুকচেল চাওরবা মনিপুর সরকারগী এডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা মতেং খরা পীনবিহুনা ননাই ঐহাক্না মতম কুইনা নিংজববু থুংহনবিখি। মসিগীদমক উক্ত সরকারগী অঙম্বা-শিংবু মশিং নাইদনা থাগচ্চ বগা লোইননা তৌবিমন কাওজরোয়।

ইকায়খুম্নবগী মশক ওইরবা এডুকেসন মিনিষ্টর শ্রীনিংথৌখোংজম ইবুংঙো তোম্বী সিংহনা ঐগী করি লৈজত্রবা শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ কৌবা লাইরিক অসিদা "রাহৈ খরা" ইবিরকপা অসিনা লাইরিক অসিগী। হায়নিংঙাই মফম থংহৌদনা, মতিক মগুন হেনগৎহনবিরে মসিগীদমক্তদি ইবুংঙো মিনিষ্টরগী মফমদা পুন্সি চুপ্পা লমন শিংজবা ঙমরোইদবনি।

মাননীয় অধ্যাপক শ্রীএলাংবম ইবুংঙো নীলকান্ত সিংহনা শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তণ অসিগী রাহৌদোক ইবিহুনা করি লৈত্রবা লাইরিক

অসিগী মগুণ থোইনা হেনগৎহনবি। মরম অসিনা ইবুংঙো নীলকান্তগী মফমদা ঐনা হায়নিঙায় লৈতনা তৌবিমন উৎচরি।

লাইরিক অসি ফোংবদা শিংথানিংঙাই লৈতনা মতেং পিবিখিবা পোকমিন্নবা ইয়াম্বাগুম্না মুংশিজরবা (পালা নাহাগী হঞ্জবা শ্রীযুক্ত মধুমঙ্গল সিংহ নিংথৌজম) ১সুং সরস্বতী প্রেসগী ইচিল ইনাও পুন্নমকী মফমদা শিংবা ঙম্নরোয়দবা লম্মল তোল্লবনি। মতম থর খুয়ৌনখিবনা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বঙ্গলা লোনগী তাল অমসুং ইশৈশিং অসে মীতৈরোন্দা হন্দোকচবা ঙমজহৌদ্রে, মরম অসিনা মথংগী খুৎনমদা শোয়দনা হন্দোক্কবা হোৎনজগে। ওঝাশিংনা ননাইগী রাখল খনবিদনা স্বর্গীয় গুরুদেব অমসুং ওঝাশিংবু নিংশিংবদুনা অরাল অচুই ঙাকপিয়ু হায়না হন্না হন্না খুরমজরি।

নোল্লুকচরিবা
শ্রীকোঞ্জেংবম ধনসিংহ
সাং কৈশামথোং লাইশম লৈরক
ইম্ফাল, মণিপুর।

---

য়াকম অমতং পনজ্রনীংবনা লাইরিক অসিগী হৌবদগী লামায় ৮০শুবা ফাওবদা হাপচিনজরিবা শরুকসি লৈখিত্ৰবা কোঞ্জেংবমগী ওজা অতোয়াইমা সিংহনা ইবিরম্বা শরুক করা ইয়াম্বা শ্রীময়াংলম্বম ইবোবী সিংহনা লেংশিন্দুনা থম্বা লাইরিক্তগী লৌথোকচবনি। মতাং অম-অনি হাপতোক হাপচিন থরা তৌবা নত্তনা মপুংদি লৈখিত্ৰবা ওজা অসিনা থম্বীরম্বনি। অসিগুম্বা হাপচবা অসিবু য়াবীরকপা ইয়াম্বা শ্রীইবোবী সিংহদা পুক্নীগী শিংবা ওম্নরোইদবা লমন তোকরবনি।

অইবা
শ্রীনীলকান্ত সিংহ
৭।১।৬৯ ইং

শ্রীধন সিংহ

রাকম অমতং পনজনীংবনা লাইরিক অসিগী হৌবদগী লামায় ৮০শুবা ফাওবদা হাপচিনজরিবা শরুকসি লৈখিত্রবা কোজেংবমগী ওজা অতোয়াইমা সিংহনা ইবিম্নম্বা শরুক কয়া ইয়াম্বা শ্রীময়াংলম্বম ইবোবী সিংহনা লেংশিন্দুনা থম্বা লাইরিককী লৌখোকচবনি। মতাং অম-অনি হাপতোক হাপচিন খরা তৌবা নত্তনা মপুংদি লৈখিত্রবা ওজা অসিনা থম্মীরম্বনি। অসিগুম্বা হাপচবা অসিবু ম্নাবীরকপা ইয়াম্বা শ্রীইবোবী সিংহদা পুক্নীগী শিংবা ওম্নরোইদবা লমন তৌজরবনি।

অইবা
শ্রীনীলকান্ত সিংহ
৭। ১। ৬৯ ইং

শ্রীধন সিংহ

# অৱানবা চুমথোকপা

| লামাই | অৱানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|
| ৫ | ইশিং নুংশিং | মৈ ঈশিং নুংশিং |
| ৭ | ময়লি— | ময়াম |
| ১০ | দরি— | মরি |
| ১১ | মীনা— | মীংনা |
| ১৬ | হারিবা— | হাইরিবা |
| ১৬ | হরি ওক— | হরি চক |
| ২১ | গোস্রামী— | গোষামী |
| ২২ | খোংনং— | খোংনাং |
| ২২ | নাজ্জিং— | মাজ্জিং |
| ২২ | লান্না— | লোননা |
| ২২ | খোবনি— | খোনবনি |
| ২৪ | কার্ত্তন— | কীর্ত্তণ |
| ২৪ | প্রাসিদ্ধ— | প্রসিদ্ধ |
| ২৪ | পাণ্ডত— | পণ্ডিত |
| ২৭ | ।টিং— | টিং |
| ৩৪ | মতি— | মততি |
| ৩৫ | দরশ— | দরশন |
| ৩৬ | নির্হতু— | নির্হেতু |
| ৩৭ | মধুপন— | মধুপান |
| ৩৯ | সানাসী— | মানসী |
| ৩৯ | রাগকেলি— | রামকেলী |
| ৪০ | দিভষ— | বিভাষ |
| ৪১ | যুম্নাম ওব্বা যতুনাথ হায়বসি, শ্রীযুত ভৈগ্যচন্দ্র হায়গদবনি। | |
| ৪২ | হরি হোল— | হরি বোল |
| ৪৪ | ভবনি— | ভাবনি |
| ৪৪ | থথম মঞ্জুরি— | পঠ মঞ্জুরী |
| ৫২ | স্মাত্তুর রঘু নন্দন— | স্মাত্তু রঘু নন্দন |
| ৫৮ | থাতু— | ধাতু |
| ৬২ | ধুদ্রা— | মুদ্রা |
| ৬৩ | ভুরুজ— | মুরুজ |
| ৭৫ | হাগব— | হাইবসিদি |
| ৯১ | রসিকাছন্দন নন্দনি— | রসিকানন্দনী ছন্দ |
| ৯২ | বম— | নম: |
| ৯৫ | নোংথৌম্বম— | নোংথোম্বম |
| ৯৫ | কালাষাদ— | কালারাট |
| ৯৮ | শ্রসদা— | শ্রাদ্ধদা |
| ১০১ | পোথশংবম | পোৎশংবম |
| ১০২ | গারগী রাগিনী | রাগগী রাগিনী |
| ১৭০ | বাযে— | বাধে |
| ১৭১ | হহি— | হরি |
| ১৭২ | নেনীদলে— | বেনীদলে |
| ১৭২ | প্রান থাথহে | প্রান নাথহে |
| ১৭২ | মুকুন নন্দ— | মুকুন্দ |
| ১৭৩ | প্রেনভরে— | প্রেমভরে |
| ১৭৫ | নাপই— | নাপাই |

| লামাই | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|
| ১৭৯ | মেদেশ— | যেদেশে |
| ১৮০ | মিত্যানন্দ— | নিত্যানন্দ |
| ১৮৫ | অপরূম — | অপরূখ |
| ১৮৬ | বৃন্দ লীলা— | বৃন্দাবন লীলা |
| ২০০ | মুমিগন— | মুনিগন |
| ২০৪ | কেশ য়াঙ্গে— | কেশ রাঙ্গে |
| ২০৫ | আলাগ— | অলাপ |
| ২১০ | এরাতি—— | এরিত |
| ২১০ | দান্দ— | চান্দ |
| ২১৫ | কলস ঘুনত— | কলস ঘুম |
| ২১৭ | গোবর্দ্ধদ— | গোবর্দ্ধন |
| ২১৮ | নারানজলে— | নয়নজলে |
| ২২০ | সহিভে— | সহিতে |

| লামাই | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|
| ২২২ | ঘত সুখে— | যত সুখে |
| ২২৩ | নয়াবে— | নয়ান |
| ২৩০ | নরিনাম— | নারিনাম |
| ২৩২ | তুহুনজ— | তুহুজন |
| ২৩৭ | কৃশাবল — | কৃপাবল |
| ২৩৭ | রাই কাঞ্জু— | রাই কাহ্নু |
| ২৪১ | বংপী— | বঁংশী |
| ২৪২ | পতিতনোক | পতিতনৈক্য |
| ২৪৩ | মজনী— | সজনী |
| ২৪৩ | তুর্ভাইগিদনি | তুর্ভাইগিনী |
| ২৪৬ | বৈপাখ— | বৈশাখ |
| ২৪৬ | ভাল্গুল — | কাল্গুল |
| ২৫৩ | ভৈগ্যচক্র— | ভৈগ্যচন্দ্র |

লাইরিক অসি অহানবা থূৎনম ওইবনা ময়েক খর লালবা য়াওরে চানবিতুনা পাঠকশিংনা য়েংবিতুনা পাবিবদা চুম্না পাবিবা তারে।

নোঙ্গবা
শ্রীধন সিংহ

# হিরম লমাই

হিরম · লমাই

হিরম | লমাই

ওঁ

# নমো গণেশায়

---

পুং ইশৈ জগোয় রাস নট পালা কীর্ত্তণ লাই হরাওবা ত্রাইবেলগী জগোয় পুন্নমক অসিগী হৌরকফম অমসুং মাসিবু শেমলকপা। ঋষিশিংগী মমিংনচিংবা ঐনা খংজরুবা খরদং লাইরিক বোই অসিদা ইজরি মাসিগী অরানবা য়াওরবসু অথংবা পণ্ডিৎশিংনা চুমথোকপিয়ু অরাৎপা য়াওরবসু অথংবা হাপচিনবিগনি হায়না আশা তৌজৈ ঐদি করিসু খংজদবা মুর্খনা মনিপুর ইতিহাসতা খরদং থ্বাইগী মতেং ওইগবরা হায়না ইজবনি। পুং ইশৈ জগোয় নট কীর্ত্তণগী থিয়রি অসি ইতিহাসতা লৈহৌনবগীদমকনি হায়না হরাওবগা লোইননা অরাবা থিবিক থাদোক্তুনা ময়ামগী দেশগী শেংবানি হায়না তৌজবনি।

তাইবংপানবদা লৈরিবা লাইরিক পুন্নমক্তগী ইহান হানবা লাইরিক্তি বেদনি ব্রহ্মানা বেদবু মরি থোক্না ঋগ, যজ্জু, স্যাম, অথর্ব্ব, হায়না মমিং থোক্লি। বেদো ২ খিলো ধর্ম্মমূলং স্মৃতি শীলেচ তদ্বিদাম আচার সাধুস্তনাং চৈব অত্মণ স্তুষ্টি রেবচ ॥ যজ্ঞ্য বাল্ক্য সংহিতা।

বেদ হায়বসি ধর্ম্ম পুন্নমক্কী মরুনি বেদ হৈবা ঋষিশিংনা লেংলম্বা। স্মৃতি অহুসু বেদনি সাধু পণ্ডিৎশিংনা চৎলম্বা তাকপিরম্বা তত্ত্ব শিংতুসু বেদগা মান্নে। লাইরিক্কা হায়রম্বা সাধু পণ্ডিতকী মত মান্নজবদি মী অত্তুনা পাম্বা মত অমা লৌবা য়াই।

বেদঃ স্মৃতিঃ সদাচারঃ স্বস্যচপ্রিয় মাত্মণঃ ॥
এতচ্চতুর্বিধংপ্রাহুঃ সাক্ষা দ্ধর্ম্মস্য লক্ষণং ॥

মনুসংহিতা ॥

বেদনে স্মৃতিনে সদাচারনে মশাগী অপেনবনে মরিসি ধর্ম্মগী লক্ষণ ওাক্তনি। কালাবিদ্যা পুন্নমকস্তু ধর্ম্ম ধর্ম্মগী মতুং ইল্লি। কলা বিদ্যাগী মরম খরদং হায়জগে।

নাট্য শাস্ত্র কাব্য মালা ভরত নাট্যম।
ভরত মুনি কৃত। অভিণয় দর্পণ।

শ্রীভগবান নন্দকিশোর কৃত। সঙ্গীত রত্নাকর। সারঙ্গ দেব কৃত॥ সঙ্গীত মকরন্দ॥ নারদ মুণি কৃত॥ ভাব প্রকাশণম। সারদ তণয় কৃত॥ নর্ত্তণম॥ মাতঙ্গ মুণী কৃত॥ দশরুপক। ধনঞ্জয় কৃত। নারদ সংহিতা। সঙ্গীত পারিজাত। সঙ্গীত দামুদর। সীঙ্গত সার। সঙ্গীত শির মণি। সঙ্গিত মুক্তাবলী। কৃষ্ণ রস সঙ্গিত। ভাগবত রাস পঞ্চধ্যায়। গীত গোবিন্দ। আনন্দ বৃন্দাবন চম্পু। গোপাল চম্পু। গোবিন্দ লীলামৃত। কৃষ্ণাহ্নি কৌমুদি। উজ্জ্বল নীলমণি। অলঙ্কার কৌস্তুভনচিংবা কাব্যশিংগী প্রমাণ য়াম্না য়াওগনি। ইশৈগী জগোয়গী রসগী বিচার তৌনবা লাইহরিক মখল অমা। ইশৈগী শরুবা জগোয় শানবা লাইহরিক্না মখল অমনি। হৌজিক পুং ইশৈ জগোয়-রাস নট্ট পালাগী কীর্ত্তণ লাই হরাওবা অমসুং ত্রাই বেলগী জগোয়-নচিংবা মণিপুর ভারত মফম পুন্নমক্তা শারিবা জগোয় ইশৈ পুন্নমকসিগী হৌরকফমদি মফম অমতদগী হৌরকপনি অহু ওইরবদি মান্নদবা করি-গীনো হায়গনি। মাতুগী প্রমাণ মথক্কী শ্লোক্তো হায়জগ্রিবসিনি। জগত পুন্নমক লোন তিন্নদে চিঞ্জাক তিন্নদে ধর্ম্ম তিন্নদে শা-উচেক ফাওবা তিন্নদে মরম অহুদগী জগোয় ইশৈনচিংবসি খর ২ মান্নদবনি। হৌজিক মফম অমতদগী হৌরকপনি হায়বগী প্রমাণ ইজরক্কে। ব্রহ্মানা সৃষ্ঠী লোইরবদা লাই পুন্নমক্না হায়জে লাই অমসুং মী ক্ষেত্রি বৈশ্য শূদ্র-নচিংবা পুন্নমক্না মুংঙাইবা য়াবা কুমৈ অমা শেমবিয়ু হায়না হায়জরবদা ব্রহ্মানা নাট্য বেদ শেমই করম্না শেমই মাতুগী প্রমাণ মখাদা। ঋগ, যজ্জু, স্যাম. বেদেভ্যোবেদা চ্চথর্ব্বন: ক্রমাৎ। পাঠ্যং চাভিনয়ংগীত রসান্ সংগৃহ্য পদ্মজঃ। ব্যরীরচৎ সাস্ত্রমিদং ধর্ম্ম কামার্থ মোক্ষদং।

চতুরমুখ ব্রহ্মানা ঋগ বেদদগী পাঠ্য লৌই যজু বেদদগী অভিনয় লৌই স্যাম বেদদগী ইশৈ লৌই। অথর্ব্ব বেদদগী রস লৌখৎলি অসুম্না বেদ মরিদগী মচি ২ ওইবা খনগৎলগা মীওইবনা তাম্নগদবা ধর্ম্ম অর্থ কাম মোক্ষ মরিমকপু শুনা পিবা ওম্বা জগোয়গী লাইরিক অসি শেমখি। হায়রিবা অসি অভিনয় দর্পণনা হায়বনি। ব্রহ্মানা শেমলিবা নাট্য বেদগী জগোয় অসি ব্রহ্মাগী মচা ভরতনচিংবদা ব্রহ্মানা তমবিখি। মাতুগী প্রমাণ—নাট্যবেদং দদৌ পুর্ব্বং ভরতায় চতুর্মুখঃততশ্চ ভরতঃ সার্দ্ধং গন্ধর্বাপ্ সরা সাংগণৈঃ। নাট্যং নৃত্তং তথা নৃত্য মগ্রে সম্ভোঃ প্রযুক্ত-বান্। প্রয়োগ মুর্দ্ধতং স্মৃত্বা স্ব প্রযুক্ত ততোহরঃ। তণ্ডুনা স্বগনা গ্রন্যা ভরতায় ন্যাদিদিশৎ। লাস্যমস্যাগ্রতঃপ্রীত্যা পার্ব্বত্যা সমদীদিশ বৃর্দ্ধাথং তাণ্ডবং তণ্ডোর্মতেভ্যোমুনয়ো ২ বদন্। পার্ব্বতী ত্বনু শাস্তিস্ম লাস্যং বাণাত্মজামুষাম্। তয়া দ্বারাবতী গোপ্য স্তাভি সৌরাষ্ট্র যোষিতঃ। তাভিস্তু ত্যতদ দেশীয়া স্তদ শিষ্যস্ত যোষিতঃ। এবং পরম্ পরা প্রাপ্তমে তল্লোকে প্রতিষ্ঠিতম্।

। অভিনয় দর্পণ।

ব্রহ্মাদগী থোকলকপা জগোয় মখল অমা মহাদেবদগী থোকলকপা জগোয় মখল অমা অনিসি মচা খায়না হায়জগে।

ব্রহ্মানা শেম্বা নাট্য বেদ জগোয়বু ব্রহ্মাগী মচানিপা ভরতনচিংবা মচাশিংদা তম্বিখি ভরতনা জগোয় অদু মাহাদেবগী মমাংদা গন্ধর্ব্ব অপ্সরাশিংগা লোইননা নাট্য নৃত্য নৃং নৃত্য পুম্নমক শাখি। জগোয় অদু উবদা মাহাদেবনা পেল্লদুনা মাহাদেবগী জগোয় উদ্ধ্যত কৌবা জগোয় শাদুনা মহাক্কী মনাই তণ্ডুদা তম্বিরগা জগোয় অদু ভরতনা তণ্ডুদগী তম্নগা ভরতনা অমুক মুণিশিংদা তম্বিখি মুণিশিংনা মাহাদেবগী জগোয়শিংদু ভারত্তা মথং ২ শন্দোকখি। পার্ব্বতীনা লাস্যগী জগোয় শাখি লাস্যগী জগোয় অদু বান নিংথৌগী মচানুপী উষাদা তম্বিখি উষানা দ্বারিকাগী নুপীশিংদা তম্বিখি অসুম্না দ্বারিকা নুপীশিংনা সৌরাষ্ট্র-গী নুপীশিংদা তমবিখি সৌরাষ্ট্রগী নুপীশিংনা ভারতকী নুপীশিংদা

তম্বীথি। অসুম্মা মহাদেবগী তাণ্ডব জগোয়না পৃথীবিদা লাকই অসি-গুম্বা জগোয় অসিবু দেশী জগোয় কৌরে। ব্রহ্মাগী জগোয়না স্বর্গগী লাইশিংনা শাথি মাহুবুনা মার্গ কৌথরে মতৌ অসুম্মা মার্গ দেশী হায়না মথল অনি শুই মাতুগী প্রমাণ মথাদা ইরি।

মার্গ দেশী বিভাগনে সঙ্গীতং দ্বিবিধ মতম। মার্গ দেশীতিদ্বেধা। তত্র মার্গঃসউচ্যতে। যে মার্গীতে বিরঞ্চ্যাদ্যৈঃপ্রযুক্তো ভারতাদিভিঃ দেশে দেশে জনানাং যত্তক্তা হৃদয় রঞ্জকম। গানং বাদনং নৃত্যং তদ্দেশীত্য ভীধিয়তে।

সঙ্গীত পারিজাত।

সঙ্গীত পারিজাতনা হায়বনি।

মার্গদেশী বিভাদেন সঙ্গীতং ভবতি দ্বিধা ॥
স্বর্গে মার্গা শ্রীতং ভূতল রঞ্জিতম ॥

অসিনা সঙ্গীত সারনা হায়বনি শ্লোক অনিসি ভাব অমতনি। সঙ্গীতপু মার্গ দেশী হায়তুনা মথল অনি থোকখিবগী মরমদি ভরত মুণিনা ব্রহ্মাদগী তম্বা সঙ্গীত মথৈ স্বর্গদা লৈবা লাই দুপী দুপানা শকই শায়। মাদুবু মার্গ সঙ্গীত কৌই হায়বনি। মহাদেবগী জগোয়বু গন্ধর্ব্ব অপ্সরাশিংনা ছকখিবা শাখিবা তাণ্ডব ১মুং লাস্য জগোয়গী মতৌ তমতুনা তাইবং মীনা শকইবা শারিবা জগোয়বু দেশী জগোয় কৌই ॥ দেশী জগোয় হায়বসি মাগী ২ মরোম্না ১শুং মাগী ১ ধর্ম্ম ধর্ম্ম অতুগী মতুংইন্দুনা শকপা শাবা জগোয়নি মরম অসিনা থর ২ খেন্নবা মান্নদবা হোনৈ। মুম্মা কুপ্না খল্লবদি জীব পুম্নমক্তা শকইবা শারিবা জগোয় রাগ রাগিণী তাল মাত্রনচিংবা পূম্নমক অসি চপ মান্নৈ হায়না লোবদা থোইনা লাম্লোই মাতুগী প্রমাণদি অলঙ্কার কৌস্তুভঃপ্রথম কিরণ পৃষ্ঠাদা ।৫। মুলাধারাৎ প্রথম মুদিতো যস্তু তার পরাক্ষঃ ॥ পশ্চাৎ পশ্যন্তর্থ হৃদগো বুদ্ধি যুঙ্মধ্য মাখ্যঃ ॥ বক্তে বৈখর্য্যয রুরুদি ষোরস্য জন্তোসুষুম্না ॥ বদ্ধস্তস্মাদ্ভবতি পবন প্রেরিতোবর্ম্ম সজ্ঞঃ ॥

খোঞ্জেন খোঙ্গখোক হায়বা অসি মীওইবগী খোইদৌগী নাভি চক্রদগী থোক্লকই। নারদব্রহ্মাগী মশক ওইবা ওঁংকার প্রণব অহুবু অহান্বদা পরা কৌই। মীওইবনা হোল্লিবা হুংশা স্বরদা তোংলুহুনা মথকলোমদা কারকই মাহুবু পশ্যন্তী কৌরে। হৃদি য়োরগা বৈখরী কৌরে। ওঁঙ্কার প্রণব অহু লৈবক্লে খোঞ্জেন থোক্লকলে অঙাংগী কপ্পনচিংবা মখৈদি থোকলে রা ঙাংবা ময়েক হায়বদি উমদ্রি নাতোন মওংদা সুষুমনা শিংলিদা লৈরবদা প্রাণ বায়ুনা নাদ ব্রহ্ম অংদা য়ৈরগা মরোল থোকলকই রা ঙাংলকই। স্বরবর্ণ ব্যঞ্জন বর্ণ পূমক নাদ ব্রহ্মনা ঙাংলকই। খোঞ্জেন খোঙ্গোক রা ঙাংবা ইশৈ শকপা রাগ রাগিণী হায়বসি নাদ ব্রহ্মদগী থোকপনি। হায়রিবা প্রমাণ অসি তন্ত্রদগী লৌহুনা কবীকর্ণপুর গোযামিনা লেংবা কৌস্তুভদা মথক্কা পৃষ্টা অসিদা য়াওরি মাসিগী প্রমাণ লৈবনা মনিপুরগী শুঝা রাগ শেম্বা ঋষি-শিংনা। তা, রি, ত, না, ত, না, রি তরেং অসিদা সন্দ সুর পান্দুনা রাগগী আলাব শেমখিবনি। প্রমাণ অসি লৈবদগী অস্তি সঞ্চয় পুরোক নাম সঙ্কীর্ত্তনচিংবদা ওঁঃ হায়না ইশৈগী অহানবদা প্রণব তোরগা শক-নিংবা ইশৈ অমা হেক্তা শকই অমসুং মহা সঙ্কীর্ত্তনচিংবা অহোরাত্রি কীর্ত্তণ তৌবদসু ইশৈ অকোনবা শকপদদি ফমলগা হায়রিবা ওঁঙ্কার প্রণব অসি তোরগা অহানবদা শকলমলিবা ইশৈ অহুগী রস মতুংইন্না অহুমকসু শকনৈ মাহুদি লাইরিক অসিগী প্রমাণ লৈবননি মাসিনা প্রমাণ ওইহুনা রাগ হায়বসি জীব পূন্নমকনা রাগ রাগিণী হায়হুনা সুর লিপি তৌহুনা শেম্নরিবা অসি অমতনি হায়বা য়ারে।

সঙ্গীত মুক্তাবলিনা অমুক হায়রি। আকাশি অগ্নি মারুজ্জাতো ন ভেরুর্দ্ধং সমুচরণ। মুখেহভি ব্যক্তি মারাতি য:স নাদ প্রকীর্ত্তিত:।। আকাশ অগ্নি বায়ু হায়বদি অহাংবা, মৈ, নুংশিং, অহুম অসি তিল্লগা নাদ ওই নাদহুনা খোইদৌদগী মথকলোমদা মথং ২ কারক্তুনা চিন্দ লৈ নাদসি মথল অহুম মমিং অহুম শুই।

১। মন্ত্র ২। মধ্য ৩। তার।

হৃদি — কণ্ঠ — মুর্দ্ধি

সঙ্গীত মুক্তং বলিগী সচ প্রাণি ভবো ২ প্রাণি ভবশ্চোভয় সম্ভবঃ। অহু কায় ভাবোবীনা সম্ভবস্তু দ্বিতিয়ক। তৃতীয় স্যাপী বংশাদি সম্ভব সত্রিবিধা মত ॥০

জীব লৈবা দেহদগী খোরকপা নাদদি লাইনা শেমলকপনি। পুং, বীনা, বাশীনচিংবা যন্ত্রগী নাদদি মীনা শেম্বনি ধন্যা অকনি বর্ণাত্মক নত্তে মরম অতুনা অর্থ তৌবা য়াদে।

অঞ্জনেয়। হনুমন্তগী মততা হায়রি নাদা ব্রেস্তু পরং পারং বজানাতি সরস্বতী অদ্যাপী মজ্জমতয়া তুম্বং বহতি বক্ষসি ॥

হনুমন্তনা হায়রমই সমুদ্রগুম্নবা নাদ হায়বসি সরস্বতীমক্নস্থ থংবা ঙমথিদে, অসিগুম্নবা নাদ ব্রহ্মদগী মশক ওইবা রাগ রাগিণী অলাপ অসি ঐখোয়না তৌরিবা অসিনা চুমই নখোয়না তৌরিবহু লাল্লি চুমদে হায়বা হৌনদে। তৌরিবা পুং ইশৈ জগোয়নচিংবা পুম্নমক অসি মাগী ২ জাতিগী ধর্ম্ম ২ অতুগী মতুং ইন্না ২ কাব্য শক্তি লৈবা মীতনা শেম্বা ঙাক্তনি। হৌজিক পৃথিবীদা শকইবা ইশৈ ১সুং শারিবা জগোয় পুম্নমক কাব্য শক্তি লৈবা তুপা তুপীনা বেদ পুম্নমক পুরাণ শ্রুতি স্মৃতিনচিংবা কবি ২ শিংনা লেংলম্বা পুং ইশৈ জগোয়গী লাইরিক অতুনা হায়রিবা রস ভাব অমসুং অভিণয়নচিংবা অহু য়েংলগা করুণা রসদা অকপ্পা ছন্দপানবা হর্ষরসদা অনোকপা ছন্দপানবা জগোয় চংপদা চংপা মালহনবা তুঙাইবদা তুঙাইবা মালহনবা অসিগুম্বা ইশৈ জগোয় হায়বা অসিদা লৈরিবা রস ময়াম হায়বদি ১। সৃঙ্গার ২। করুণ ৩। হাস্য ৪। রৌদ্র ৫। বীর ৬। ভয়ানক ৭। বিভৎস ৮। অদ্ভূত ।০। ভরতকী শূত্র স্বাত্তিক মখল ৮। ১। স্তম্ভ ২। স্বেদ ৩। রোমাঞ্চ ৪। স্বরভেদো ২হথ ৫। বেপথু ৬। বৈবর্ন্ন ৭। মশ্রু ৮। প্রলয়। হায়রিবা রস সাস্ত্রশিং অসিগী ভাব চানা শেম্বা জগোয়

ইশৈ চিন্না অমসুং বাচিকাভিনয়না খংহনবা ঙমদবা অদু অঙ্গিকাভিনয়না খংহনবা, অঙ্গিকা ভিনয়না খংহনবা অসুম্না পুং ইশৈ জগোয়শিং অসি শেম্লম্বা ওঝা ঋষিশিংনা শেমত্নুনা পুং ইশৈ জগোয়শিং অসিগী মতুংদা পৃথিবীদা শারিবা জগোয় পুম্নমক অসি লোইনা য়াওনবা ঙাকনি। অসিনা অচুম্বনি অসিনা অরানবনি হায়বা য়াদে মরমদি ঐখোয়না শকলিবা শারিবা জগোয় ইশৈ স্বরলিপি রাগ রাগিণী অসিদি ব্রহ্মাদগী মহাদেবদগী তমহৌবনি মী অমতা চোংথোলকপা ঙমলরোই। নাদ খোঞ্জেন অসিবু সঙ্গিত সাস্ত্রনা রাগ রাগিণী হায়তুনা মমিং ময়াল থোল্লমই মাতুগী প্রমাণ। ( নারদ সংহিতা ) ধাতু মাতু সমাযুক্তং গীত মিত্যভিধীয়তে। তত্রনাদাত্মকং জ্ঞেয়ং ধাতুরিত্যভিধীয়তে।

সঙ্গীতকী সঙ্গীত সারনস্থ হায়রি। গীতং রঞ্জক ধাতু সহিত মিতি গীতস্যা বয়বো ধাতু রাগাদিমাতুরুচতে। ইশৈগী মওং মতৌ প্রত্যক সিম্বোলবু ধাতু কৌই। রাগগী অবয়বোহ্ মাতু কৌই।

# সঙ্গীত বিচার

গীত হায়বদি শকপা হায়বনি। সঙ্গীত হায়রবদি চংখোম্না শকপা হায়বতনি। অদু ওইরবদি করম্বা শকপবু চংখোম্না শকপা কৌবগে।

অভিনয় দর্পন্না হায়রি।

গীতং বাদ্যং তথা নৃত্যং ত্রয়ং সংগীতমুচতে॥

ইশৈনে পুংনে জগোয়নে অহুম্না তিন্দুনা শকপা শাবা জগোয়বু নৃত্য চংখোনবা কৌই। অহুম অসি তোঙাল ২ লবদি সঙ্গীত কৌজ্রে হায়বগী প্রমান্নি। ভারতীয় কলাবিদ্যা পুম্নমক ব্যাকরণদা হাপ্তুনা লেংবা ঙাক্তনি। অর্থশিংদো ফোংদোক্তুনা গীতবুদি নিষ্ঠ প্রত্যয় তৌরগা বাদ্য অমসুং নৃত্যবু কৃত্য প্রত্যয়না উংলি। মরম অসিনা মনিপুরগী ভাষাদা গীতপু ইশৈ বাদ্যবু পুংলোন অমসুং নৃত্যবু প্রত্যার্থ ফোংদোকপা মমিংনা অহুবাদ তৌরগা ভাষাগী ফজবা মাংই ঐখোয়না বাক্য

অর্থ তৌই ইশৈনে পুংনে জগোয়নে অহুম অসি ইশৈনা প্রধাণনি। গীত পদবু অর্থ লৈবা শব্দবু স্বরনা রাগ অমসুং তাল হাপ্তুনা হয়ববু গীত শকপা কৌই গীত গান ইশৈ মমিং অমতনি। বাদ্য পুং বাঁশী-নচিংবা যন্ত্র পুম্নমক ইশৈগী মতেং পাংবননি। রসবু ইশৈগী খোন্থোক্লা রাগ রাগিণীনা থংহনবা হৌনৈ। রসগী মতুংইন্না ইশৈ পুংলোন জগোয় শাবা হৌনৈ যন্ত্র খোংবা হৌনৈ। গীতানু রঞ্জকং বাদ্যং। বাদ্যদি গীতবু অনুরঞ্জণ ফংহনবা নিংথিহনবনি জগোয়সু ইশৈগী মতেং পাংবনি বীনা বাঁশীনচিংবা যন্ত্র ময়ামসু ইশৈবু ফজহনবনি সঙ্গীত কলা বিদ্যাগী মথন্নাইদি রসনা ওই। ১। অধ্যাত্মিকানে ২। সাহিত্য কাব্যনে ৩। সঙ্গীতনে অহুল অসি মশা অমতানি। গঙ্গা, সরস্বতী, যমুনা তীর্থ অহুমগা মান্নে। কাব্য লেংবদা প্রয়োজন, অভিধেয়, সম্বন্ধ, হায়বসিগা মরি লৈনৈ। প্রয়োজন হায়বদি ফন মহৈ হায়বনি। অভিধেয় হায়বদি পোশক হায়বনি। সম্বন্ধ হায়বদি মরি লৈনবা হায়বনি। প্রয়োজন হায়বদি প্রেমরস। অভিধেয় হায়বদি ভক্তি সম্বন্ধ হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ। ছন্দ গায়ত্রি ঋষি বিনিয়োগ হায়বসি সঙ্গীতকা মরি লৈনৈ। ছন্দ হায়বদি ইশৈগী সুর রাগ রাগিণী মওং মতো। গায়ত্রি হায়বদি স্বরূপ। ঋষি হায়বদি সঙ্গিতকী ওঝা। বিনিয়োগ হায়বনি রঙ্গস্থান তৌফম। ইশৈগী রাগ রাগিণী হায়বদি ইশৈ অতুদা লৈবা পোৎশক নত্তে। ইশৈ তারিবা সমাজিক্কী নাকোংদা সঙ্গীতনা চংগ্রগা সব্দ তরঙ্গ ভাষা তরঙ্গ অতুনা জীবগী থমোইদা হাপ্তুনা লৈরিবা রাগ কৌবা সংতার অতুবু হৌদোক্তুনা পেলহলবনি মাসি পাঠান্তরগী মহাভাবনা হায়রি।

রাগ নাম সুখানু যায়ী।

রাগ রাগিণী ময়ামগী মমিং মথাদা অমুক ইজগে তাল হায়বসি তন ধাতুগী অর্থদি শব্দোকপা হায়গনি।

সব্দেনোর্চ্চার্য্য মানেমে যদ্বস্তু প্রতি পাদ্যতে।
তস্য শব্দেস্য তদ্বস্তু জ্ঞায়তা মর্থ সংজ্ঞয়া।
মুগ্ধ বোধস্যটী দুর্গা দাস।

উচ্চারণ তৌরিবা শব্দত্বনা বস্তু পোশক্তবু খংহল্লি বস্তুগনা শব্দত্বগী অর্থনি তাল হায়বসিনা মতমবু চাংনাইনা খাইদোকই। মতম্দি স্বরগী স্থিতি লৈফম অমসুং গতি চৎপগী মতমবু তাল হায়বসিনা য়ামেন তৌই। তলধাতুদগী থঞ প্রত্যয় তৌরগা তাল হায়বা শব্দসি থোকই তাল হায়বসি ইশৈ পুংলোন জগোয়দা মহাক্না চংহুনা লৈ। তাল হায়বসিদি মীওইবগী মীহুন্দগী থোরকপনি। মীওইবনা হোল্লিবা স্বরবু মিকুপ হায়বসিনা স্বরগী তালনি। মীকুপ্তগী মমিং য়াম্না থোল্লি।

তাল তল প্রতিষ্ঠায়াং নিতিধার্তোঘঞ স্মৃতঃ।
গীত বাদ্যং নৃত্যং যত স্তালে প্রতিষ্ঠিতমঃ।
আস্যেনালম্বয়েদ গীতংহস্তে নার্থংপ্রদর্শয়েৎ।
নেত্রাভ্যাং ভাবয়েদ্ভাবং পাদভ্যাং তাল নির্ণয়ং।
নারদ মুণিকৃত সঙ্গীত মকরন্দ॥

চিন্না ইশৈ শকপা হকচাংগী লেং-ওৎপা খুৎ-শাগী মুদ্রানা অর্থ ফোংদোকপা মিৎ মাই নারস ভাব ফোংদোকপা মাসি তোগদবনি হায়রিবা জগোয় অসি পৃথিবীদা শারিবা জগোয় পুন্নমক তৌরিবনি। ধর্ম্ম চিঙ্গাক লোন তিন্নদবদগী খরা খরা মান্নদবনি। হৌজিক পৃথিবীদা পোকলিবা জীব পুন্নমকনা তৌরিবা থবক ঙাংলিবা শকলিবা শারিবা পুন্নমক ঈশ্বরনা তৌবা ঙাকুনি। অদু ওইরবদি শারিবা জগোয়, শক্লিবা ইশৈ, পুন্নমক অসি বেদদগী লৌথোকনা ব্রহ্মানা নাট্য বেদ শেমত্বনা মথং মথং লাক্লিবা মাহাদেবগী তাণ্ডব দুর্গাগী লাস্য জগোয় ময়াম অসি ল ইশিংন্না মথং মথং অবতার তৌদুনা পৃথিবীদা লাকপনি। হয়িবগী প্রমাণ মথক্তা হায়জগ্রবনি লাইশিংনা অবতার তৌবা হায়বদি কনা কনানো হায়বগী প্রমাণ। ১। গৌরি শঙ্কর ২। সীতা রাম ৩। বৃন্দা বন্দা রাধা কৃষ্ণ ৪। ধর্ম্ম প্রচারক বুদ্ধ ৫। শঙ্করবাচার্য্য ৬। চৈতন্য দেব ৭। ত্রিবাঙ্গ স্বামী ৮। নারায়ণ স্বামী ৯। রামদাস স্বামী ১০। ভাস্করাণন্দ স্বরসতী ১১। দয়ানন্দ স্বরসতী ১২। তুকারাম

১৩। সাধু তুলশীদাস ১৪। মাহাত্মা কবির দাস ১৫। গুরু নানক ১৬। হরিদাস সাধু ১৭। যবণ হরিদাস ১৮। সাধক রাম প্রসাদ ১৯। রাম কৃষ্ণ পরমহংস ২০। ভাক্তিবির বিজয়কৃষ্ণ গোষামী ২১। আউলচান্দ ২২। রঘুনাথ দাস ২৩। বিশুদ্ধানন্দ স্বরসতী ২৪। বিবেকানন্দ স্বামী ২৫। মাহাত্মা পওহারি বাবা ২৬। শ্রীরূপ সনাতন গোষামী ২৭। মৌনি বাবা ২৮। লোকনাথ ব্রহ্মচারি। হায়ব্রিবা মহৎসিং অসি ধর্ম্ম প্রচার তৌরম্বা ঙাক্তনি, মখোয় মখোয়গী সম্প্রদায় সম্প্রদায়গী ধর্ম্ম প্রচার তৌরমই।

মতৌ অস্মুন্না মথং মথং ঈশ্বরনা কবি কয়া কয়া ওইনস্মু অবতার তৌত্না কাব্য হৈবা ঋষিনা ওঝাশিংনা পুং ঈশৈ জগোয়শিং অসি মথক্তা হায়থ্রিবা লাইরিক ময়াম অতুদগী লৌত্না লাইশিংনা শকথিবা ইশৈ জগোয়নচিংবা মাগী মাগী মরোম্না ধর্ম্ম ধর্ম্ম অতুগী মতুং ইন্না পুং ইশৈ জগোয় শেমলম্বা ঙাক্তনি। হৌজিক শারিবা জগোয় ইশৈ ব্রহ্মাদগী অমস্নুং মাহাদেবদগী সেবক হেক হকথেংননা তমহৌবা য়াওবা কনা অমতা নত্তে, অতুবু লাইশিং অতনা তাকলম্বা লাইরিক্তগী লৌথোক্তুনা অমস্নুং য়েংত্না শেমলগা পুন্নমকসি ওইরিবনি। লাইশিংনা শাখিবা মার্গ কৌবা জগোয় ইশৈশিং অতু হৌজিক পৃথিবীদা তাইবংমীনা শারিবা জগোয়শিং অসি মার্গগী জগোয় ঙাক্তনি, অতুবু তাইবংমীনা দেশী জগোয় কৌথ্রে, লাইনা শারগনা মার্গ কৌথ্রে; মসিগী প্রমান্দি মথক্তা হায়থ্রিবা অতনি অমস্নুং হৌজিক শকলিবা ঈশৈ, শারিবা জগোয় অসিবু অচুম্বনি হায়বগী প্রমাণ লৈ হায়বত্থ মখাদা হায়জরি। নারদ মুনীগী সঙ্গীত মকরন্দদা হায়রি। নৃত্যং গীতাভিণয়তালযুতংভবেৎ। আস্যেনালম্বয়েৎ গীতং হস্তে নার্থপ্রদর্শয়েৎ। চক্ষুভ্যাংদর্শয়েদ ভাবং পাদাভ্যাং তালমাদিশেৎ। যতোহস্ত স্ততোদৃষ্টি যতোদৃষ্টি স্তমোমনঃ। যতো মন স্তমোভাবস্ততো রসঃ॥

ইশৈনে অভিনয় হায়বদি নোইবনে ভাবনে তালনে দরি অসিগা লোইননা জগোয় শাগদবনি অমতং রাৎপদা জগোয় শাবা য়াদে

ফজ্জদে। চিন্না ইশৈ শঙ্কনী ইশৈগী অর্থত্থ হকচাংগী শাথেক ফিত্থপ্পা খুংকী মুদ্রানা পুথোক্কনি। ভাব পুথোকলিবা খুৎপু মীনা য়েংগনি। মিংতা পুক্লিং হাণ্ডুনা পুক্লিং অত্থ ভাব ওনগনি; মাসুন্না শাবা জগোয়বু নৃত্য কৌই হায়বনি। অত্থ ওইরবদি মণিপুরী জগোয় হায়বা অসিদি নৃত্য থাঙ্গেশেংবা ক্লাসিকেল্লী অমসুং মার্গনি- তাইবংমীনা শাবা ওইব-দগী জগোয় হায়রুবনি। দেশী জগোয়বু প্রবৃত্তি মরিনা শাই; প্রবৃত্তি মখল মরিদি— চত্তুর্বিধ্য প্রবৃত্তিশ্চ। প্রোক্তা নাট্যপ্রয়োক্তৃভিঃ। অসিনি মারদ সংহিতানা হায়রি। পুং নৃত্যং তাণ্ডব প্রোক্তং স্ত্রীনৃত্যং লাস্য মুচতে। হুপানা শাবা জগোয়বু তাণ্ডব কৌই হুপীনা শাবা জগোয়বু লাস্য কৌই॥

# তাণ্ডব দ্বিবিধ॥

১। প্রেরণী তাণ্ডব অমসুং বহুরূপং তাণ্ডব। প্রেরণী বহুরূপ ঙ্কেত্যে বংস্যা তাণ্ডবং দ্বিবিধা॥ তত্তে প্রেরণী যথা। অঙ্গবিক্ষেপ বাহুল্যং তথা ভিনয় সূন্যতা। হকচাং য়াম্না নিকপা য়াম্না চোংকনবা য়াম্না লৈবা অভিনয়দি য়াওদবা জগোয়বু প্রেরণী কৌই। প্রেরণী তাণ্ডবসু লৌকিক সঞ্জাদা দেশী কৌই।

২। বহু রূপ তাণ্ডব যথা সঙ্গীত দামুদর। যথা ছেদনং ভেদনং যত বহুরূপা মুখাবলি। তাণ্ডবং বহুরূপঞ্চ তদ্বানাগত মুদ্ধতম॥

বহুরূপ কৌবা তাণ্ডব অসিদি সেদন ভেদন য়াম্না য়াওই মুখভঙ্গী রাসু য়াম্না ঙাংই। উদ্ধত চোংখৎ চোংখৎপসু য়াওই। মসিগুম্বা জগোয়বু বহুরূপ তাণ্ডব কৌই। বহুরূপ তাণ্ডব হায়বসি মনিপুরগী নটপালাদা য়াম্না য়াওই। মাতুদা মনিপূর নটপালাগীদি রস ভাব-নচিংবা সরণী পন্থ কায়দনা পুং ইশৈ জগোয়গা মতম পুন্নমক্তা থানবা লৈতে, থাঙ্গেশেংবা মার্গ অমসুং ক্লাশিকেলনি অত্থবু তাইবংমীনা তৌবনীনা দেশী জগোয় হায়না খংলগনি॥

কৈশিকী লক্ষনৈ পুথ্যা শৃঙ্গার রস সম্ভবা।
অশক্য পুরুষৈ সাধু প্রয়োক্তু স্ত্রীজনাদৃতে।

কৈশিকী বৃত্তি হায়বসিদি থোংনা নৌনা কেনা শাবা জগোয় শৃঙ্গার রস থোকহনবা, নৃত্য হায়বনা নুপীশিং য়াওদনা নুপাশিংনা নিংথিনা প্রয়োক তৌবা য়াদে মরম অসিনা ব্রহ্মাদগী মানসদগী অপ্সরা কয়ামুক শেমখি মতুদি, মঞ্জু কেশী, সুকেশী, মিশ্রকেশী, সুলোচনা, সৌদাম্বীনি অসিনচিংবা। নাট্য অলঙ্কারদা হৈশিংলবী দেবীশিংগা ভরতকা লোইনতুনা কৈশীকী বৃতী কৌবা নৃত্যবু চংখোম্না প্রয়োক তৌবা য়ানবগীদমক ব্রহ্মানা ভরততা তাকপিখি, জগোয়শিং অতু শাখি মাতুগুম্বা জগোয় অতু শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা একগোপী একশ্যাম হায়বা জগোয় শান্নখি। মাতুগী মতৌ মওং বেদনা তাকলম্বা মন্ত্রনচিংবা অমসুং কবি কবিনা লেংলম্বা নাট্য বেদ য়েংলগা মণিপুরগী জগোয় রাসদসু হৌজিক একগোপী একশ্যাম হায়তুনা জগোয় মখল অমা শানরিবা মাসিবুসু মার্গণী হায়না লৌগনি॥ তাইবংমীনা শাবগী দেশী কৌরুবনি।

# ভরত নাট্য শাস্ত্র।

ভৌম্য আকাশিক্য অসুম্না চারি হায়বসি অহানবদা মখল অনি থোকই মাতুদগী ভৌম্য মখল ১৬। আকাশিক্য মখল ১৬। থাইদোকতুনা পুন্নমক পুন্না ৩২ ওই। মখলশিং অতুগী মমিং ভরত মুণিনা মহাক্কী নাট্য শাস্ত্রদা সন্দোক্না হায়, মাতুদি অসিনি। ১। সমপাদা ২। স্তিদাবার্ত্তা ৩। শকটাস্যা ৪। অধ্যদ্বিকা ৫। চাষগতি ৬। বিচংবাচা ৭। এড়কাক্রিরিতা ৮। বদ্ধা ৯। উরুদ্বৃত্তা ১০। অভিভতা ১১। উস্যন্দিতা ১২। জনিতা ১৩। স্যন্দিতা ১৪। চাঁপ স্যন্দিতা ১৫। সারতিসমোং মাওল্লি ১৬। সতল্লি অসি ভৌম্যনি।

১। অতিক্রান্তা ২। অপক্রান্তা ৩। পার্শ্বক্রান্তা ৪। উদ্ধজানু ৫। সুচী ৬। নুপুর পাদিকা ৭। দোল পাদা ৮। অক্ষিপ্তা

৯। ব্যাবিদ্ধা ১০। উদ্বিত্তা ১১। বিদ্যুদভুক্তা ১২। হ্যনাক্তা ১৩। ভুজঙ্গ মসিক্তা ১৪। মৃগালুক্তা ১৫। দণ্ডপাদা ১৬। ভ্রমরী। তরাতরুক অসিনা আকাশিক্যনি ॥

চারি খিবিরা কও ওই নাট্য। ওই নৃত্য ওই।। চারিশিংনা লান্দা খুলাইদগী মশানাহোক্তুনা থাং-তাগী চেষ্টা ওই। চারি নত্তনা নাট্যদা করিগুম্বা অঙ্গ অমতা লৈতে, অসুম্নসু হায়রমতুদি মথাদা ইরিবা শ্লোক অসিনি ॥

চারিভি প্রস্তুতং নৃত্তং চারিভি শ্চেষ্টিতং তথা। চারিভি শাস্ত্র মোক্ষশ্চ চার্য্যো সুদ্ধেচ কীর্ত্তিতা। যদেত্য প্রস্তুতং ন্যাট্যং তচ্চারি-ষেববসং স্থিতম। নাই চার্য্যোবিনা কিঞ্চিন্নাট্যেহঙ্গংসংপ্রবর্ত্ত তে।
মসিনা, ভারত নাট্যগী চারিনি।

দেশী জগোয়গী চারিদি লৈত্রব্রা হায়রম শ্লোকই, মাদু হায়গে দেশ দেশ অতুগী ওঝানা আচার্য্য ঋষিশিংনা কোহল মাতঙ্গ মুনিগী মত লৌদুনা দেশী চারিদা মশিং নাইদনা লৈমখ্রে। দেশী জগোয়বু হৌজিক ভারত সরকারনা লোক নৃত্ত-কৌরে ইংগ্রেজী লোন্দা ফোক ডান্স কৌরে। দেশী জগোয় পুংলোম ইশৈ হায়বসি লোইবা নাই-থিদ্রে, অরায়বা, অরুবা, অথিবা, ফজবা নাইদতনী মীগী মশক থিবা ফজবা অমসুং বিছাগ্র অহৈবা হৈতবা নাইবগুম্বনি। মরম অতুনা লোক নৃত্ত হায়বা ফোক ডান্স হায়বদি রস ভাব য়াওদবা লাইরিক্কা হায়বা পুং ইশৈ জগোয় অহুম্না তিল্লগা রস ভাব য়াওবা শাবা জগোয় নত্তবা ময়াম হুংঙাইনবা জগোয় অদুবু লোক নৃত্ত অমসুং ফোক কৌই। মণিপুরী জগোয় রাস, লাই হরাওবা অমসুং নট পালাগী মাহাসঙ্কীর্ত্তন অসিদি থাঙ্গৈশেংবা নৃত্য ক্লাশিকেননি। ভাব রস য়াম্না লৈ, মণিপুরগী রাস কীর্ত্তণ অমসুং নট পালাগী মাহাসঙ্কীর্ত্তণ অসিদি পুং, ইশৈ, রাগ রাগিণী, অঙ্গিকাভিনয়, আহার্য্য য়াওদনা করিগুম্বা মতমদা অমুক্তা তৌদে, শক্তে, শোন্দে। পৃথিবীদা মণিপুরগী রাস কীর্ত্তণ অমসুং

নট পালাগী মাহাসঙ্কীর্ত্তণ তৌরিবা অসিগুম্বা অসি মফম অমতা লৈতে, শকলিবা ইশৈশিং অসিস্থু লাইরিক্লা লেংবা মত পুম্নমক য়েংলগা লাইগুম্নবা ওঝাশিং অহুনা অমুক সাধক সিদ্ধক হাপচিনহুনা ভজন শরণি পণ্ঠদা শকলিবা, শারিবা জগোয়নি।

পুং, ইশৈ, জগোয়নচিংবগী হৌরকফম মথক্তা ইপ্রে, হায়খ্রে। মথাদা মাহাভারতকী মণিপুরদা মথং মথং পুং ইশৈ জগোয়নচিংবগী লাকপা ইতিহাস মথাদা ইজরি॥

১। চিত্রাঙ্গদাবু অর্জ্জুন্না লৌবগী অশম্বা ৱারী।

২। শিব দুর্গানা মণিপুরদা লাইহরাওবা হৌদোকলম্বগী অশম্বা ৱারী॥

৩। শিব দুর্গানা রাস শাম্নখিবগী অশম্বা ৱারী।

৪। মণিপুরগী অহানবা চৎলম্বা ধর্ম্মগী অশম্বা ৱারী।

৪। নিংথৌরোল মথং মথং তৌরকপা অশম্বা ৱারী।

৬। মণিপুর সঙ্কীর্ত্তণ অরিবা তৌরকপা অশম্বা ৱারী হৌদোক্লম্বা নিংথৌশিংগী মমিং।

৭। মণিপুরদা নট পালা অনৌবা হৌদোকলম্বা নিংথৌ অমসুং পুং ইশৈগী চোলোম গঠন হৌদোক্লম্বা, শেমলম্বা ঋষি ওঝাশিংগী প্রণালী মথং মথং অমসুং সঙ্কীর্ত্তণ শকপগী হৌনবী বিধি।

৮। মণিপুরদা শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ তৌরম্বা নিংথৌ অমসুং শ্রীগোবিন্দজীউগী রাস কীর্ত্তণ জগোয় ভঙ্গি হৌদোক্লম্বা ঋষি ওঝাগী মমিংশিং॥

৯। গোষ্ট ভঙ্গি জগোয় হৌদোক্লম্বা নিংথৌ অমসুং ঋষি ওঝাগী প্রণালি।

১০। নট পালাগী মাহাসঙ্কীর্ত্তণগী ধুমেন মরিগী হৌদোকলম্বা নিংথৌগী মমিং মথং মথং॥

১১। শ্রীরাধা গোবিন্দগী চৌষ্টষ্টি রস হুমফুমরি রস রাজগী মুর্ত্তিনি হায়রিবা রস হুমফুমরি অসি মথং মথং শকলম্বা, মথং মনাও মাইক্লা

কাইদনা শকলম্বা, শক্তুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎখিবা ওঝাশিংগী মমিং ইশৈগা লোইননা ইবা ॥

১২। মণিপুরদা পুংয়ৈবদা, ইশৈশকপদা তুহারদা জগোয় রাস তম্বীবদা, গোষ্ট পরেং তম্বিবদা ফাওখিবা ওঝাশিং পুন্নমক্কী প্রণালি ইবা অসিনচিংবা খর খরদং মখাদা ইজরকই ॥

মণিপুরগী অহানবা জগোয়দি লাইহরাওবনা হাল্লি। মাগীসু প্রমাণগা লোইননা খরদং ইরি ॥

১। মনিপুরগী অহানবা নিংথৌদি চিত্রবাহননি। মহাক্কী মামং প্রভঞ্জনসু কোই। নিংথৌ অসি উমাপতি মাহাদেব পুজা তৌই। মাহাদেবগী বোরদগী চিত্রসেন পোকই। চিত্রসেন্না চিত্রাঙ্গদা পোকই। চিত্রাঙ্গদাবু অর্জ্জুন্না লৌতুনা বভ্রুবাহন পোক্লে। বভ্রুবাহন্না নিংথৌ ওইতুনা পাল্লে। চিত্রাঙ্গদা জগোয় হৈবীনি। মপা মপুদগী মাহাদেব পুজা তৌতুনা মহাকসু মাহাদেব পুজা তৌবনি। মথক্তা পৃথিবীগী জগোয় অসি মাহাদেবগী তাণ্ডব দুর্গাগী লাস্য জগোয়নি। পৃথিবীদা শন্দোকখি হায়তুনা শাস্ত্রগী প্রমাণগা লোইননা ইজথ্রে। মরম অতুনা লাই হরাওবা জগোয় চিত্রাঙ্গদানা হৌদোক্লম্বনি। মচানিপা বভ্রু-বাহন্না ব্রহ্মণ লোইনন মপাদা শগোল কৎলুবদা অর্জ্জুন্না হায়খি, নংদি জগোয় শাবীগী মচানি নঙক্তা মাদন কৌবা পুং থাংজিল্লু, জগোয় শাও হায়খি। ব্রাহ্মণ অসিনা মতম অতুগী মাদন কৌবা পুং অমসুং ব্রাহ্মণসু লৈরে হায়না তাক্লে। মসি মাহাভারতকী অশ্বমেধ পর্ব্বদা হায়বনি। মতৌ অসুন্না মপা মচা লান তৌরে। অর্জ্জুন শিরে, অর্জ্জুন্না শিবদা কুন্তিগী মংদা ফাওই। কুন্তিনা কৃষ্ণদা তমই, করি হায়না— অর্জ্জুনগী মশাদা থাও তৈশিল্লগা লৈ অঙাংবা পরেং শিন্তুনা, উৎ তোংতুনা মথারোমদা পাংনা চংখি হায়না কৃষ্ণদা তমই। কৃষ্ণনা অর্জ্জুন শিরে থংলতুনা কুন্তিনে, ভীমনে, সুভদ্রানে, দেবকীনে, গরুর তোংতুনা মণিপুরদা লেংলকই। অর্জ্জুন্না তুবা মুমিৎ কার্ত্তিক্কী শুক্লা নবমীদনি। শ্রীকৃষ্ণ লেংলকলে, অর্জ্জুন হিঙ্গৎলে। শ্রীকৃষ্ণনা

চিত্রাঙ্গদাদা নংনা পাম্বা বোর অমতং নিজো পিবিগে হায়রবদা চিত্রাঙ্গদানা ইবুংভোগী চূড়া ষরা লৈতেংবা বনমালা থোনবা বৃন্দাবনগী সথাশিংগা লোইননা শল শেলবা রূপ অতু অমুক্তং দর্শণ ওইজগে পিনবিয়ু হায়জরবদা শ্রীকৃষ্ণনা নোংপোক ফুরাচিংদা হারিবা মুত্তি অসি দর্শণ পিবিখি। নোংপোক ফুরা চীং হায়বদি নোংমাইজিং চীংবুনি হৌজিক ফাওবা ফুরা অতু লৈরি অমসুং মোমোইজিং চাংদা শম্বোক হায়তুনা শল থোকই হায়বা মফম অদু লৈরি। মসি মৈতৈ পুরাণ খুম্বোক লৈশেম লোনদা হায়রনি খুম্বোক লৈশেম লোন হায়বা পুরাণ অসি হরি-ওক হায়বদি সত্যদগী হৌনা লৈরক্লবা পূরান্নি। শ্রীকৃষ্ণনা মণিপুরদা লেংক্লকই হায়বগী সাস্ত্রগী প্রমাণ অশ্বমেধ পর্ব্বদা য়াওরি মাদুদি অসিনি॥

আজগামাথ গরুড় স্তমারুরো জগৎপতিঃ।
কুন্তংচ মাতর ভীমং দেবকীং গোপ কন্যকাং।
সমারোপ্য যযৌ তত্র যত্রাস্তে পতিতোহজ্জুনঃ।
জৈমীনীয়াশ্বমেধ পর্ব্বানি।

মসি থংজনা ভাগ্যচন্দ্র মাহারাজনা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌখিবা কাত্তিক শুক্লাদ্বাদশীদা অভিষেক তৌখিবনি মাসিগী রারী মথাদা লাকনি।

বভ্রূবাহননা মোঙ্গাওবা মতুংদা, ইভোপানবা মাহন্না পামবা হৌই। মসুম্না নিংথৌরোন মথং মাথং পানবা লোইন্না ইজররোই। ইভোপানবা নিংথৌগী হাতক্লা চন্দ্রবংশগী অহানবা পোরকমগী খংনবা খুদম নোংমাইজিং চীঙ্গা থলোং হায়তুনা হৌজিক কাওবা ষমনরিবসিনি। মৈতৈ হায়না মিং থোনখিবসু মি থৌ অসিগী হাকতক্লা থোনখিবনি। মাসি বিজয় পঞ্চালীমা হায়রি পাখংবনা পামবা মতমগী লাই ময়ামসু কলি চংলে হায়তুনা মাইকৈগী মতুং ইন্দ্রনা সঙ্গাই অমমম শাতুনা লাই নিংবগী মতৌগুম্না খুপচিম্নথ্রে, লাইশিং অদো হৌজিক মনিপুরদা

উমংলাই হায়ত্বনা মৈতৈনা পূজা তৌনরিবসিনি। পাখংবা যবিষ্ঠনা পানবা মতমদা চীং অকোইবগী ত্রাইবেনশিংগীস্থ য়েক মমিং থোনখি মতম অসিদা বেদ মরিদগী লৌত্বনা পুরাণ মরিস্থ লেংখি। পুরাণগী মমিং (১) শিংকক (২) শিংথেল (৩) শিংখা (৪) হিশিক্কা লৈশেমলকৌদগী হৌরকপা লাইশিং অত্বু পাখংবগী স্না হাকক্তদি পুজা ওইনা অপোকপা থুরম্বা ওইনা হায়না থম্বীরমই। লাই নিংবগী মরমদা বৈদিক অমস্থং তান্ত্রিক্কী ওঁঃ গুরু হায়ত্বনা থুরম্বা চৎনরমই। পাখংবনা নোঙ্গাপ্রবা ভুংদা মচাইবুংঙো খোইবা তোম্পোক্কা নিংথৌ ওইবা স্নাহাতকক্তা থামেন চৎপা নমথাং খুলক নিংথৌ ফিনচিংবা স্না খুঞ্জি তাল মনা-মথুম পিবা হৌদোকলমই। উকাই কাপ্পা হায় হায়বদি রাবণ কাপ্পা হায়ত্বনা হৌজিক তৌরুরিবসিস্থ মাহাকথক্তা হৌদোকলমই। মাহাথক্তা গন্ধর্ব্বনা পাল্লিদৌদা তৌখিবা পুংগী মরোং মতৌ ঈশৈ শকপা পুংস্নেবনচিংবা য়াম্না চাওখৎখি। অস্থুম্না নিংথৌরেন খুদিংগী জগোয় ঈশৈ পুংনচিংবা মথং মথং চথরক-পগী মখাদা শমলপ্না ইজরকই। লোয়াম্বা, লোয়ুম্বা লবঙ্গসিংহ মাহারাজ শকাব্দ ১০৪৯ শুবদা নিংথৌ ওই নিংথৌ অসিগী হাকতক্তা মোইরাংগী খম্বা-থোইবী পোকখি। মাসিদা লাইহরাওবগী জগোয় পুংনচিংবা মণিপুরগী ইতিহাসদা চাওনা লৈখ্রে। মাত্বগী জগোয় মথল মাইব-মাইবি লোইশং হায়ত্বনা হৌজিক ফাওবা মণিপুর স্না কোম্নুংদা লৈরিবসিনি। লাই হরাওবগী মখল অমস্থং খম্বা থোইবিগী ইতিহাস শকপা ওঝাশিংগী মমিংস্থ মখাদা ইজরক্কে। লোয়াম্বা লবঙ্গসিংহগী হাকতক্তা হান্নগী মতৌগুম্না থাবল চোংবা ঔগ্রি হঙ্গেল অমস্থং লাই-হরাওবনচিংবা অমুক য়াম্না হেন্না চাওখৎখি। চৈথারোল কুম্বাবদা শ্রীলোয়াম্বনা চহি ৪৮ পানবদা ঔগ্রিহঙ্গেল শকপা হৌদোকই। অমস্থং খুঞ্জাও লৈচাও। খুন্তাক লৈভাক, পন্নিং পনমাং, অহুম অসিনি। য়াম চাইত্বনা পাখংবগী পাফল য়েকলগা মাইবা মাইবিনা লাইরেল মথেক চৎভুনা ঈশৈ লাইলাইলোন শকই খোংলৈ জগোই

য়াওই। লৈবাক নিংথৌ ফুংঙাইনবা চাকহোং ঙাহোংনবা চোংববু থুম্লাও লৈচাও কৌই। থুম্বাক লৈতাক হায়বদি, পাখংবগী পাফল য়েকই, য়েক্কবা মীগী উসিন্দি লফুনা ওই। মহাপ্রত্যঙ্গিরা মন্ত্র শোন্দুনা মীগী মমিং হায়তুনা যজ্ঞদা হোম তৌবগুম্না মমিং মথা হায়তুনা হায়তুনা মাঙলো মুৎলো তুমলো, শিরো হায়তুনা হায়তুনা থাংনা কক্তুনা কক্তুন শাপ তৌতুনা চোংলগা থুম্বাক লৈতাকই। পন্নিং পন্মাং হায়বসিনা লান্দা শিজিন্নৈ।

ঔগ্রি হঙ্গেল চোংবা হায়বসি মমাংঙৈদা মাইবা মাইবী পণ্ডিতশিংনা তৌরমই। হৌজিমকসু মসি খঙবা পণ্ডিতশিং লৈরমখিগনি; মসি মাংদনবা থিজিনবা কৈ। পাখংবগী তুথেক্তা মাইবনা নিংখম শমজিন শেত্তুনা লাইনিংথৌগী চেং হোংবদসু চোংই॥ মতাং অসিদা ভরত নাট্যনা হায়রিবা মহাদেবগী উর্দ্ধতা জগোয় ঔগ্রি অঙ্গারনচিংবা লেংলম্বা জগোয় অতুনি। মণিপুরগী লাইহরাওবগী জগোয় অসিনি! মহাদেবনা শারগা মার্গ ওইখিবা, তাইবংমীনা শারগা দেশী জগোয় ওইবতনি। মহাদেবগী শৃষ্টি স্থিতি প্রলয় হায়বা জগোয় অতু অনিনি হাইবদা থোইনা লাল্লোই। থাইনগী নিংথৌশিং অসিগী হাকতক্তা হায়রিবা জগোয়শিং অসি শাতুনা শাতুনা শিজিন্নবগী খুদম লানঙম জগোয়, লালনচিংবা ইরাই লাইনা ওম্বনি। হৌজিক ভারত গবর্ণ-মেণ্টনা পুং ইশৈ জগোয়বু চাওখৎনবা তৌরিবা অসি ভারত ঐথোয়গী য়েক্ক-তিখং লৈতনবা তৌরিবনি। কনাগুম্বনা মসি থংদতুনা লাল্লি, লালগী খুৎসু খুৎলাই শাবদি তম্বিদ্রতুনা অরেম্বদা জগোয় কোত্তুনা লৈরে হায়না নোকনবসু য়াওরি। মতু খনলিবা চুমদে, পাণ্ডব অর্জ্জুন্না সোরারেন্দা খুলাই তম্বা চৎপদা নাট্য বেদ হান্না তমউ নত্রবদি খুৎশু খুৎলাই থাং তেল হৈরোই হায়খি। মতুদগী অর্জ্জুন্ন বিরাট লোৎপদা গন্ধর্ব্ব ওইনা জগোয় তম্বিখিবা অতুনি।

মণিপুরদা শ্রীকৃষ্ণনা মাহাদেবগী জগোয় রাস য়েংখিগনি হায়তুনা লমমাংদোং বিষ্ণুপুরদা মতম থরা লৈরমই। মরম অহুদগী লম্মাংদোংবু

বিষ্ণুপুর কৌখিবনি। বিজয় পঞ্চালিনা হায়বনি। মাহাদেবনা শান্নখি হায়বা জগোয় রাস অতু হৌজিক মণিপুরগী লাই হরাওবা জগোয় অসিনি। অতুগা মক্কম অসিদা নিংথৌ ক্যাম্বা মাহারাজনা পোং নিংথৌদগী পুরকপা বিষ্ণুসু লাত্তুনা নিংথৌ ওইতুনা পালমই। পুন্নমকনা পুন্সিল্লগা বিষ্ণুপুর কৌখিবনি ; অসুন্না লাইহরাওবা জগোয় অসি মৈতৈগী লাইশিংগী হাকত্তকুগী মথং মথং লাক্লবা জগোয়নি হায়রিবা অসি বিজয় পঞ্চালিনা হায়বনি।

# লাই হরাওবগী জগোয় মখল ॥

১। লৈসেম জগোয়, ২। লৈতাই জগোয়, ৩। পরিংলাংসং জগোয়, ৪। খুদোন জগোয়, ৫। লৈতান জগোয়। ৬। লৈতানচংবা জগোয়, ৭। খুত্থম জগোয়, ৮। চুমশা জগোয়, ৯। নোংদ্রৈ জগোয়, ১০। লাইপৌ জগোয়, ১১। তখেল জগোয়, ১২। ঔগ্রি হঙ্গেল জগোয়, ১৩। কেক্রে কেক জগোয়।

লৈশেম জগোয়দগিনা নোংদ্রৈ জগোয় ফাওবদা শান্নিবা জগোয় অসি শৃষ্টি স্থিতিগী জগোয়নি লাইপৌ জগোয় হায়বসিদা শান্নিবা অসি মিপোকপা য়ুম পানবা জগোয়নি।

মহাদেবনা হৌদোকলম্বা লাই হরাওবা জগোয় অসিদা সুপানা তাণ্ডব জগোয় শাই, সুপীনা লাস্য জগোয় শাই ; জগোয়না দৃশ্য কাব্যনি। পেনাগা লোয়নননা ইশৈনা শ্রাব্য কাব্যনি। লাই হরাওবগী জগোয়দা বাচিকা ভিণয় অঙ্গিকা ভিণয় য়াম্না য়াওই। লাই হরাওবগী ওঝাশিংনা মাইবা মাইবীনা কংলৈরোন হরাওবা, মোইরাং হরাওবা মখল অনি থোক্লা শেমলমই। মৈতৈনা শিব দুর্গা, নোংপোক পান্থোইবী নিংলিঙৈদা শাখিবা জগোয়নি। পান্থোইবী জগোয় মরম অসিনা মৈতৈগী লাই হরাওবগী জগোয় অসি মহাদেবগী জগোয়নি হায়বদা চিংনিনিংঙাই লৈতে। মৈতৈগী লাই হরাওবগী

জগোয়, নারদ কৃত সঙ্গিত মকরন্দদা য়াওই। পেনা হায়বা যন্ত্র অসি বিনা—পেনা॥ সারঙ্গ দেবকৃত সঙ্গিত রত্নাকরদা পিনাকী বীনা কৌই। অসিগুম্বা লাই হৱাওবগী ইশৈ জগোয় অসি হৌজিক্কী ওঝাশিংনা হান্নদগী অনৌ অনৌবা কাব্য রচনা তৌহ্না মমাংঙৈদগী অকবা হেঙ্গৎপা অমনি, য়াম্না ফবনি হায়না লৌগনি মহুদি—

পুরাণ মিত্যেবন, সাধু সর্ব্ব ন, শ্চাপিকাব্যং নবমিত্য বদ্যম॥ সন্তঃ পরিক্ষন্তে তবন্ডজনে মূঢ়পর প্রত্যয়নেয় বুদ্ধি॥

কালিদাসগী শ্লোকনি।

অরিবনি হায়বা মখৈ লোইনা ফবা নত্তে, অনৌবনি কাব্যনি হায়বগী লোইনা ফত্তবা নত্তে। হায়বনি। ফত্তবা অরানবা হায়বদি ইশৈ শকপদা রাগ রাগিণী, ছন্দ সুর, তাল অমসুং ময়েক লানবা অঙ্গিকাভিণয় লানবনচিংবা অহুদি অরিবনি হায়হুনা হেক ফবা নত্তে। চুমবু চুমত্রবদি হৌজিকমক কাব্য শক্তি লৈবা মীনা তৌরবসু অহুমক চৎনগনি। মাবু অনৌবনি হায়হুনা হন্দোকফরোই। কাব্য শক্তি লৈবা মী অহুদি মানা তৌরকইবা অহু ঈশ্বরগী বাক শক্তিগুম্বনি হায়-বসিগী প্রমান্দি ঈশ্বরনা চিৎশক্তিনি তাইবং মীনা জীব শক্তিনি ঈশ্বরনা তাকলম্বা মতুং ইম্না শারকইবা শকলকইবা, জগোয়, ইশৈ অমসুং পুংলোন্নচিংবা কাব্য তৌরকইবহু ঈশ্বরগী বাক শক্তিগুম্বনি হায়বনি মহুগী প্রমাণ— নারদ সংহিতানা হায়রি।

অঙ্গ বঙ্গ কলিঙ্গাদ্যা দেশে ভাষাদি হেতবঃ।
যেষু যেষু দেশেষু যা ভাষা শৈচক বল্লভাঃ॥
তাস্তু তত্তজ্জনা নালপাদা হৃতপ্রতি যোজয়েৎ॥

অঙ্গ বঙ্গ কলিঙ্গ সৌরাষ্ট্র মগধনচিংবা দেশ দেশদা পোক্লিবা মী পুম্নমকনা মাগী মাগী মরোল মরোলনা সঙ্কীর্ত্তণ তৌই। নাদগী পোক্লফম শ্রুতি হৌরকফমদি ঈশ্বরদগী থোরকপনি। জীব পানবা পুম্নমক্কী নাদ পুম্নমক ঈশ্বরনা ইথৎ থৎই। মাগী মাগী মরোল মরোলনা

ঈশ্বরগী গুণ লীলা বর্ণন তৌবদা ঈশ্বরনা ইপেল পেল্লি। অস্নুম্না নারদ সংহিতানা হায়রি ॥

শ্রীমদ্ভাগবত রাস পঞ্চধ্যায়গী অরোইবা শ্লোকনসু হায়রি---

বিক্রিড়িতং ব্রজ বধুভিবিদঞ্চবিষ্ণো ॥ শ্রদ্ধান্বিতোহনু শৃনু যাদথ বর্ন্ন য়ে দয: ॥ ভক্তিং পরাংভগবতিপ্র তিলভ্য কাম: ॥ হৃদ্রোগমাশ্বপহিনোত্যচিরেণ ধীর ॥

শ্লোক অসিগী বর্ন্ন য়েৎব হায়বসিদি বিধি লিঙ্গ ওইবা মরমদগী শ্রীমন্মাহা প্রভুগী পাদানুগত ওইবা শ্রীরূপ সনাতননচিংবা গুরু গোস্রামীশিংনা মাগী মাগী মরোম্না কাব্য লেংউ, ইশৈ শকউ হায়না অর্থ তৌরমই ।। অগ্নি পুরাণগী শ্লোক অমা মথাদা ইরি।

ইত্ত্যেবং পুজয়িত্বাতু পুরুষ শুক্ত: স্ববৈষ্ণ বৈ: ।। স্তুত্বা বাদিত্র• নির্ঘোষৈগীত বাদিত্র মঙ্গলৈ: ॥ সুকথাভি বিচিত্রাভি স্তথা প্রেক্ষণ কৈরপি ।। বৈদিক সুক্ত করণ কস্তুভিশিষ্টৈঃ পোরানেতিহাস ।। মিশ্রিতগীত নৃত্য যুত দেশে ভাষা প্রমুখ কথা করণ ক: ।।

প্রমাণ চুড়ামণি, শ্রীমদ্ভাগবত, অগ্নি পুরাণ, অমসুং নারদ সংহিতানা মাগী মাগী মরোম্না পুন্নমক রচনা তৌ হায়বনি। মরম অসিনা মাগী মাগী মরোম্দা অমসুং ধর্ম্ম ধর্ম্মগী মতুং ইন্না পুং ইশৈ জগোয়নচিংবা কাব্য তৌনরকইবা অসিনি ।। মসিদা পুং ঈশৈ জগোয়নচিংবা নাট্য সাস্ত্র হায়বসি ইহৈ মক হৈত্রবা মী অচুদি শাগা মাম্নে হায়তুনা ভর্ত্তৃহরিনা হায়রমই যথা।

সাহিত্য, সঙ্গীত, কলা, বিহিনো: । নরঃপশুঃ পুচ্ছ বিষান বিহিনোঃ ।। ইতি ।।

শ্রুতি স্মৃতি নানা সাস্ত্রবিদোপিচঃ। সঙ্গীতং যেন জানন্তি তেদ্বিপদো মৃগাঃ স্মৃতা: ।।

মরম অসিদগী ভারতকী সঙ্গীত কলাবিদ্যাবু চাওথৎনবা ভারত গোবর্ণমেন্টনা তৌবিরিবনি। মতাং অসিদা মণিপুরগী অহানবা সাহিত্যদি

বৈদিক সাহিত্যগা বৌদ্ধগী সাহিত্যগা অমসুং ব্রাত্যগী সাহিত্যগা অহুম অসি তিনশিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক্তা মৈতৈগী লোননা ইশৈ শকপনচিংবা তৌরকপদগী মাহারাজ গরিবনিৱাজগী হাকততা শান্তিদাস হায়বা বাঙ্গলা ব্রাহ্মণ মচা অমনা বাঙ্গলা লোন চৎহলগদবগীদমক মৈতৈগী লুর লুরবা বেদগা চপমান্নরবা পুরাণ পুন্নমক নিংথৌদা হায়জিন্দুনা মহাকপু হেল্লবা মণিপুরগী পণ্ডিত লোরেম্বা খোংনংথাবা-নচিংবা পণ্ডিত ময়াম্না ভাংবা লৌদহুনা পুরাণ ২২০ মৈ থাদোকখি।

মৈ চুরকপদা লুঙ্গোননে, পাখংবা নাওয়োমনে পুরাণ অনি অসি গুরু খোংদা পাইখি অমসুং থাংজিংলোমদা পাইখি; অতুদগী হুমমাই হেক হুমলকপদা ভাওরোই নাই নাওয়োম চিংখৈরোমদা পাইখি। অতুদগী হুমমাই মণ্ডারক হুমবদা শিংখল নাওয়োমনে য়াংবী থিরেম্নে পুরাণ অনিসি পাইখি। তেরা অঙৌবা মখোংদা শাকোক থিরেল হায়বা পুরাণ অতু পাইখি, নাৰ্জ্জিং শকোকচীং তন্না। অসুন্না পুরান তরেৎ পাইখি। মতম অসিদগী মৈতৈনা বাঙ্গালা লোন্না ইশৈশকপা হৌদোকখিবা মতাং অসিদা মসিগী রারী অসি য়াওরিবা নোটিশদা মৈতৈগী মতুংদা সাহিত্য চাওখৎনবা হায়বা অমা য়াওখি অতুগীদমক ইজরুবনি মৈতৈরোন্না, ইশৈ শকপা হায়নদি শক্লরে, অতুবু মৈতৈগী ময়েক অমতা রাৎতনা অমুক ফজনা লৈরিবা অসিনদি ইত্রগা বাঙ্গলা ময়েক্না ইরিবা মথেদি মৈতৈ সাহিত্যদা ফরিগুম্বা অমতা চাওখৎপা ওইরোই। মীগী ময়েক তাংই হায়বা অমদি শিবা ফাওবা লৈহৌরগনি, অতুগা ডাক্স কলেজগী জগোয় তম্বিবা মতমদা ইশৈ য়াওরিবা অতুসু মৈতৈ লান্না শকপনা ফৈ নত্রবদি মৈতৈনা মৈতৈগীদি অতৈ করি লৈতে খালি ছন্দদনি অতৈদি অতাংবনি। হায়খিনি।

লাই হরাওবদা মাইবা মাইবী পেনা শকপদা ফাওখিবা ওঝাশিংগী প্রণালি ॥

১। ওঝা উরিক খিনবা, ২। ওঝা পাণ্ডম্বা, ৩। ওঝা চনম্বা, ৪। ওঝা চুংথা হৌদোং, ৫। ওঝা লাইশ্রবা, ৬। ওঝা ভাংখোম্বা, ৭। ওঝা

অকোই, ৮। ওঝা হাওমা, ৯। ওঝা সনশম্বা, ১০। ওঝা হৈক্রজাম্বা, ১১। ওঝা পুখ্রিহোংবা, ১২। ওঝা চাওরেন, ১৩। ওঝা মল্লিক, ১৪। ওঝা গুলাপ। মত্তাং অসি লোইনা ইজদ্রে।

## মথাদা সঙ্কীর্ত্তণগী ( খব্লদং )

পুং ইশৈ— গরবনিরাজ মাহারাজ স্নাহাকত্তক্তা অরিবা নটপালা হোদোকখি। নটপালা অরিবসিবু বংদেশ পালা হায়না মিংথোনখিবগী রারী য়াম্না চাওনা লৈদ্রে, শমলপ্না বাঙ্গলা লোন্না অর্থ লৌতুনা খোবনি। ইশৈ হোদোকপা ওঝাদি কোন্থৌজাম্বা ওঝানি হায়নৈ, মিংদি খংদ্রে। পুংগী ওঝাদি ধনীরাম, ওঝা লাংলেনহনবা, ওঝা কিতনা, রাধা কীতনা রূপা ওঝা অসিনচিংবা। ওঝাশিংনা নটপালা অরিবা হোদোকখি। মাহারাজগী সেবকশিংনা কোন্থৌ ওঝাদা ইশৈ তলমগা সেবক পালা হায়না মিং থোনখি। লৈপাকচাবা পালা থোনখিবগী, রাংখৈ লৈকাই পুখ্রি অচৌবা তৌবদা লৈপাক হোনখিবগী লৈপাক চাবা হায়না মিং থোনখি। মরম অমনা ভগ্যচন্দ্রনা সর্গতি ওইপ্রবদা, অরা লাল কাইবদা শ্রীগোবিন্দ কাছারদা লেংবদা থৌগল তৌবদা চাবা ফংদহনা লৈপাক চাতুনা থাংখি। মতুদগী লৈপাক চাবা পালা থোলখি। মতম অসি নিংথৌ অসিনা রামজি প্রভু লাংলি। ইশৈদি রাগ রাগিণীদি, রাম কৃষ্ণ গোবিন্দ ময়েক তরেং অসিনা রাগ অমসুং আলাপ তৌই। মতুংদা ইশৈ, গৌরাঙ্গগী অবতারনা পুর্ব্ব ওইরগা শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিত্য লীলা অষ্টকালনচিংবা শকই। তিল তাল, মেল তানচপ অমসুং অতোপ্পা তালনচিংবা ইশৈ কয়া মমিং থাবা ওমদবা মখৈ লৈরি। হোজিক ফাওবা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌরি। হায়রিবা ওঝাশিং অসি ঈশ্বরগী কৃপা লৈবা ওাক্তনি। ওঝাশিং অসিনা তৌরম্বা, শেমলম্বা পুং, ইশৈ, জগোয়শিং অসি লাইরিক্তা লৈতবা অমতা নত্তে, লোইনা লাইরিক্তা লৈবা ওাক্তনি। মতুগী প্রমান্দি মথাদা ইজরি।

( নটপালা অনৌবা হৌদোকপা )

শ্রীভাগ্যচন্দ্র মাহারাজগী স্না হাকতক্তা নট পালা অনৌবা হৌদোকখি। মহৃগী প্রমাণ শ্রীযুত ভাগ্যচন্দ্র মাহারাজনা হৌদোকপিরম্বা রাস কীর্ত্তণদা মাহারাজনা পুং থোন্দুনা, পুং ভুংইনবা ঙাংবম ওঝা প্রেমানন্দ, মত্তোন ইবুংঙো ঙৌব্রাম সাইনা ইশৈহল্লগা শ্রীধরসাইনা হুহার শুচুনা রাস কীর্ত্তণ নিপা পালা শকখি। স্না হাতক অসিদা ইশৈগী রাগ রাগিণী হৌদোকখিবা ওঝাদি মথাদা ইজরি।

শ্রীচেসবা চৈতন্য ওঝা পুরেল, শ্রীলোইতাম ওঝা রসিকানন্দ, অথাম ওঝা পুরেল রসানন্দ রাগ হৈবা অসিনচিংবা। রাজ মেলগঠন চোলোম হৌদোক্লম্বা শ্রীহাওরোকচম ওঝা অমস্যুং শরোৎখাইবম ওঝা শেংগুম্বা পুরেণ অসিনচিংবনা অমস্যুং রাগ রাগিণী অসি ওঝা রসানন্দনা হৌদোকলম্বনি। ওঝাসি মণিপুরদা নোং চুব্রবদা মী পুম্নমক অৱাবা তারবদা, লাংথবান্দা হিয়াং হিরেল পুথোক্লগা হীগী মথক্তা ওঝানা তোংলগা মেঘ রাগ হৌবদা নোং চুখি মসিগুম্নবা প্রাসিদ্ধ ওইরবা ওঝাশিং ঙাক্তেনি। লোইতাম ওঝা পুরেণ রসিকানন্দনা ঠাকুর মাহাশয়গী অষ্টকাল ছন্দ লোইনা পাল্লমই। মসিগুম্না মথক্তা হায়খ্রিবা ওঝাশিং অসি মাগী মাগী থোকপা পুং ইশৈগী কাব্য তৌরম্বা ওঝাশিংনি। রাগ হৌবগী অহানবা মৈতৈ ওঝাশিংনা ওঁঃ হায়না প্রণব তৌরিবা অসিগী প্রমাণ মথক্তস্যু হায়খ্রে, মথাদা অমুক রাগগী প্রমাণ অমা ইজরি।

স্বর বর্ণ বিশিষ্ঠেন ধ্বনি ভেদেন বাঞ্জণ: ॥
রঞ্জতে কথিত: স রাগ সম্মত সতাম্ ॥

সঙ্কীর্ত্তণগী অহানবদা শ্রীভগবানগী মশক ওইরবা ( অ ) স্বরনা মাংওইননা স্বর ময়েক খিবিকপূ হায়ড়ুনা মী পুম্নমক্কী পুক্লিং হুংঙাই-হনববু রাগ কৌই হায়না পাগুত পুম্নমকনা খংনরি। মসিগুম্বা শাস্ত্রগী

প্রমাণ লৈবনা ওঝা রসানন্দ রাগ হৈবন। মৈতৈগী নট পালা অনৌবগী রাগবু (অ) হায়না প্রনব তৌরগা তা আঃ রি তঃনা তঃনা ময়েক তরেৎ অসিদা সপ্ত স্বর হাপ্তুনা রাগ ময়ামগী অলাপ শেমলমই। মৈতৈগী নট কীর্ত্তণগী অসিদা তৌরমলিবা অসি শাস্ত্রগী মতুং ইন্না তৌবা ঙাক-তনি। প্রমাণ লৈতবা অমসুং মপুকথোক্সা তৌবা অমতা নত্তে, মতুগী প্রমাণ

শ্রীরঘুনাথ ভট্টকৃত কীর্ত্তণ চিন্তামনি। বাল্মিকপুরানে নোক্তং যথা। শ্রীমদ্রূপ গোষামী পদারবিন্দ চিন্তয়া। গীত চিন্তামণি-গ্রন্থঃ শ্রীরঘুনাথ নির্ম্মিতঃ ॥

চরিতং যথা

নিমন্ত্রনাধি বাসাদি ভাবকানাঞ্চগায়কা।
মাগুপ বিধি রাগানাং যদ্রযং কীর্ত্তণ লক্ষণম্।
তওৎলক্ষণাঃ সপূর্ব্বক্তং বাল্মিক পুরানে যথা
তত্রাদৌ সূত্ররূপেন সংগ্রহবিধি লিক্ষতে।
তএ শ্রবনানাং যথা লক্ষণং ॥

১। সঙ্কীর্ত্তণাদিমারন্তে শ্রেবণ পঞ্চমং ত্যেজেৎ।
ক্রোধ নিন্দা প্রজল্পংশ্চ বাদাশ্চ বিঘ্নকর্ম্ম কাণ ॥
তএ সামন্য ভাবকা বর্জ্জনিয় বিধিং নারদাম্
প্রতিগান বন্ধু বাক্যং শ্রীবামাভূতৌ যথা।
দণ্ডং নিদ্রা ক্রোধ মুগ্রং ছিদ্রানেনংপ্রজল্পিতং ॥
পিতৃ গুরুদ্বিজাসূয়াস্তচ্ছতা কীর্ত্তণেত্যজেৎ ॥
তএ শ্রবণং চরিতং যথাগীত চিন্তামনৌ ॥
একেনাপিগুনা জ্ঞেয় ভাবকানাং গুণোর্দ্ধতে ॥
দুর্ব্বৃতা খলমেকেণ ভাবকাগুণ ২ ন্যতে।
হরি কর্ম্মমনা শক্তো যস্তু,কিংকৃষ্ণ কীর্ত্তণে ॥
রসজ্ঞানির ধার্য্যান্তি কীর্ত্তণা মন্দমুদয়েৎ ॥

উন্মত: বিমুখিং যত্রবাদবিরোধ কীর্ত্তণে ॥
নামাপরাধমেবস্যাৎ কোটিজন্ম পতত্যধ: ॥
কিংকুর্য্যদ্ধ ২ বোবর্ষাঃ কীর্ত্তণে যদি ॥
পুরাতনম পুণ্বিদ্ধ যথা শ্রুতি নিয়োধহি ॥
ইত্যাদি প্রমানা ॥
তত্র সঙ্কীর্ত্তণ সামন্যবিশেষং যথা ॥

কীর্ত্তণং ত্রিবিধংপ্রোক্তং ভাবকানাং ত্রিত্রিধাং মতা । নাম লীলা গুনাদীনাং উচ্চৈ র্ভাষাতুকীর্ত্তণং ॥

বিষ্ণু পুরাণে ॥

সঙ্কীর্ত্তণং কীর্ত্তণস্বা নাম সাস্ত্রদি কীর্ত্তণম ॥
শ্রবণং বিধিতৎজ্ঞ্যাত্বা কুর্য্যান্নিমন্তনোৎসবে ॥

অথ কীর্ত্তণস্যান্তরঙ্গবিধিং যথা ॥

গায়ক ভাব প্রেমজং ভাবকানাঞ্চ প্রেমজং । রস কলাদি সং-সিদ্ধং সঙ্কীর্ত্তণং তত্থচ্যতে ॥ নিত্য নৈমিত্তিকস্বা ঈশ্বর নামগায়কা ॥ কৃষ্ণ নাম স্বাদঃ তন্নাম কীর্ত্তণোচ্যতে ॥ ধর্ম্ম শাস্ত্রাদি মাহত্ম্যাং নাম তীর্থগুনা বর্ণিং ॥ শ্রবণং গায়নং নাম শাস্ত্রাদি সঙ্কীর্ত্তণো চ্যতে ॥ ১৪ । তত্র কীর্ত্তণ ব্যাপকবিধিং যথা বামাস্তুতে ॥ মৃতু-কালে মায়াদি ত্রীনি নামানি সঙ্কীর্ত্তণাঃ ॥ অত্রুষ্টং ধর্ম্ম মাহত্ম্যং কীর্ত্তণম কালতন্মতা ॥ ১৫ নিন্দাগর্ব্ব সমাযুক্তগায়কো ভাবকো-গৃহী ॥ প্রেমমায়য়া সম্ভুতং তন্মায়া কীর্ত্তনোচ্যতে ॥ ১৬ । যথা ধিবাস বিধি লক্ষনং যথা ॥

গীত মণ্ডলী মাণ্ডপান্তেপত্রাম্রনির্ম্মিত তং ॥ মধ্যে মম্পক্রমং স্তম্ভা বয়ব মণ্ডলা কৃতিং ॥ ১৮ । দ্বাদশস্বাষ্টমং স্তম্ভনিতাষ্ট মংকৃতং ময়া ॥ পরি পুর্ন্নং পল্লবীং শাখা বয়বা বরনং কৃত ॥ ১৯ । চতুঃ স্কোনেষু সমান্তং বহস্তিক্রমা শীখরা ॥ দ্বিসপ্ত ভুবনাঞ্চাঢ্যা শৃজ য়েন্মগুলী কৃত ॥ ২০ । সুর্য্যংস শোধরা বাপি বসুবা স্তম্ভবিষ্টিতং ॥

বিক্ষেপ, নিকপা, চোংবা য়াম্না তৌবা অভিনয় রস ভাব য়াওদবা জগোয়হু পে·বলি কৌই। ছেদন ভেদননাচিংবা চোং-ফনবা, ভাব ময়াম ফোংদোকপা, মমাই মমিংতা য়েক্তুন্না মশা অমতদা হুপী হুপা শান্থনা উৎপা জগোয়হু বহু রূপ কৌই।

লাস্যগী জগোয়স্থু মখল অনি হায় মহুদি— ছরিত, থৌবত, অসিনি। নায়ক নায়িকা লোইননা ইশৈ অর্থগী মতুং ইন্না শাবা চুম্বন আলিঙ্গনগা লোইনবা জগোয়হু ছরিত কৌই। নাট্য রসদা লীলাগী ভাব উৎপা মধুর নৃত্যবু থৌবত কৌই। মসি মণিপুরী জগোয়দা থৌবত জগোয়না নমই য়াওই। ইশৈদগী নৃত্য থোক্কদবনি ইশৈদগী পুংলোন থোক্কদবনি। ইশৈদগী লয় মাত্র তাল শেমলগা জগোয় শেমলিবনি। হায়রিবা অসি অনাদি কালদগী চৎনরকলবনি ইশৈদা, জগোয়দা মার্গা দেশী হায়হনা মখল অনি থাইরিবা অসি স্বয়ংব্রহ্মানা ভরততা মার্গ কৌবা সংগীতপু তমবিরগা অপ্সরা অমসুং গন্ধর্ব্বগা লোইনহনা শম্ভুগী মমাংদা উৎপ্রবনি। তণ্ডুদগী তমবা তাণ্ডব জগোয়স্থু উমাদগী তম্বা লাস্য জগোয়স্থু ভরতকী শিষ্যশিংদা ভরতনা তাকপ্রবনি অসিগুম্বা সংগীত অসে দেশ ভেদগী মতুং ইন্না দেশী কৌবা মমিং থোনপ্রবনি। সংগীত পারিজাৎ সংগীত রত্নাকরনচিংবা সংগীত শাস্ত্র ময়াম মত থর থর ইথেন থেন্নে। মসি পুন্নমক ইরবদি য়াম্না চাওপ্রে। অমা ধনঞ্জয় দশরূপকনা হায়বা অমতং শমলপনা ইজগে। নাট্যদা রসাশ্রয় নৃত্যদা ভাবাশ্রয় নৃত্তদা তালাশ্রয়। অসুম্না তৌগদবনি। হায়রিবা অসি মণিপুরীগী নাট্য নৃত্য নৃত্তদা কাইদনা তৌরি।

অভিনয় দর্পননা থুৎকী ধুত্রা ৬৪। ৬৫। গী মনুংদগী গোবিন্দগী লীলা মৃতনা নিট্য রাসদা লৌখৎলম্বা মুদ্রা ১২ দনি। মহুদি—পাতাকা ত্রিপতাকা, হংসমুখ, মৃগশির, কাতারিমুখ, শুখমুখ, সারসি, ঘটমুখ, সুরিমুখ, অৰ্দ্ধ চন্দ্র, পদ্ম কোষ, সর্প মুখ। তরানিথোই অসি লৌ-খৎলমই। মথাদা তালগী মমিং রাসদা লৌখৎলম্বা। চচ্চৎ পুট,

চাট পুট, রুপোক, গজ লীলা, এক তাল, সিংহানন্দ, নিসারু, অজর, মন্তু, সমপতি, পুটি কে, পিকবর, সুলন, কুবর, সুপু তিকে, উম্ভটি, দর্পরাজ, কোহাহল, সচিপ্রিয়, রঙ্গ বিদ্যা, রঙ্গাক্ষ, কন্দর্প, সর্পিতা নন্দন, পার্ব্বতী লোচন, রাজচুড়ামনি। ২৬ অসি গোস্বামীশিংনা লৌখৎলমই। অসিগী বিনিয়োক শিজিন্নফমদি অভিনয় দর্পন য়েংলগা থংগনি।

রাসদা চংবা যন্ত্রগী মমিং ॥

তুরুজ, মরু ডমু, মড্ডঞ্চ, থমকা, মন্দিরা, মরুলী, বংশী, সুন্দর, পালিকা, বিপঞ্চি, মহতী, বীনা, সুকর, তালিকা, কচ্ছপী, শুকবিলশিকা, রুদ্রবীনা, ব্রহ্মবীনা, আলাবনী, তম্বরু, (২০) অসি রাসদা চংই ॥

রাগ রাগিনীগী মমিং

মল্লার, কর্ন্নাটি, সাম, সুকেদার, কামোদ, ভৈরবী, দসাগ, গন্ধার, বসন্ত, মালব, রাম কেলী, সুগঞ্জরী, গৌরী, গণ্ডারি, তুরি, আসাবরি, বেনাবলী, মারহটী, মঙ্গল, গুর্মরী, দেশবরারি সুপঠমঞ্জুরী, মাগধী, মাধবী, কৌশিকা, পালি, ললিত, সিন্ধুরা, রাগ ২৭ অসিনা গোস্বামীশিংনা লৌথৎলমই।

গোবিন্দ লীলামৃতনা হায়রিবা তাল রাগ রাগিনী যন্ত্রশিং অসি মণিপুর জগোয় রাসদা য়াম্না য়াওই অদুগা মুদ্রাসু য়াওই অসিগুম্বা লাইরিক ২৩ গী লৌথোক্লুনা ওঝাশিংনা শেমলমবনি। মপুক থোক্লা তৌবা পংশেম শেম্বা অমতা নত্তে ॥

হৌজিক পৃথিবীদা কাওরিবা জগোয় মরি শুরি। মতুদি ভারত নাট্যম, কথাকলি, কথক অমসুং মণিপুরী জগোয় মরি অসিনি। দক্ষিণ ভারত কর্ন্নাট মন্দ্রাজ হায়বসি মাহাভারতকী মতম শৈল্যনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লি মচল ভুপী মাদ্রিবু পাণ্ডুনা লোই ১সুং মতম অদুদা মাদ্র দেশ কৌরমই হৌজিক মাদ্রাজ কৌরে। হিন্দু ধর্ম্মগী হৌরকফমনি সাক্য বংশদা বুদ্ধদেব পোকই বুদ্ধনা ধর্ম্ম প্রচার তৌই।

বুদ্ধগী ধর্ম্মদা অখোর পন্থী হায়বা অমা সহজিয়া পন্থী হায়বা অমা সথল অনি থোকলে সহজিয়া পান্থীনা মী মশিং য়াম্বা হেল্লি লম্বোইরগা মাগী সেবক মুপীদা মচা পোকপা। ধর্ম্ম অসি সহজিয়া কোই সহজিয়া পন্থী ময়াম হৌত্না গুরুবাদতা অজন্ত কুকা কোবা চাং অমা মন্থুংদা হুৎলগা চিং অত্থ ফুরা দোলাজগী মওং মান্না শারগা লাই ময়ামগী মুর্ত্তি ময়াম শারগা মন্দির মন্থুংদা নটেশ্বর মহাদেবগী মুর্ত্তি শাত্থনা লাংলি ॥ তাঞ্জরদা পিতাম্বর মন্দিরদা শিব মুর্ত্তি পাম্বোম তরুক পানবা জগোয়গী পোজ মুদ্রিনে ॥ কালিকা মুর্ত্তিনে লাংলী মপা মশক থংদ্রবী কবিরাজনা লাইয়েংবা ঙমদ্রবা মুপীমচা পুম্নমক পুরক্লুনা মাহাদেবদা কংথোক্লই কংথোকলৈ। লাই সেবা তৌরিবা মহন্ত অত্থগী মমংদা মাহাদেবনা তাকলম্বা হিদাক অত্থ তৌত্থনা কংহল্লগা মুপিশিং অত্থ জগোয় ঙমবিত্থনা লাই থুরম্বা লাকপা মুপাশিংগী মামাংদা জগোয় শাহল্লি মসিগুম্বা অকাও ২বা মগুর, বায়ু মন্দিরনচিংবদা অসিগুম্বা মুপী মশক ফজবীশিংবু জগোয় শাহল্লি। হৌজিক কাওবা দক্ষিণ ভারততা চৎনরি। অত্থগুম্বা জগোয় শাবীশিং অত্থগী মমিং দেবদাসী কোই ॥ তামিল্লা ভারত নাট্যম জগোয় শাবা হাল্লি ॥ কানারিসনা কথাকলি জগোয় শাবা হাল্লি। দক্ষিণ ভারতনা জগোয় অনিসি শাই ॥ কথক জগোয় হায়বসিদি কেরলাদা পোকপা বলাখোন কোবা কবি অমনা লঙ্কাগী কণ্ডিয়ন কোবা রাক্ষস মুদ্রাগী জগোয়ত্থ লৌরুরগা শেতুবন্ধ রোমদা ত্রিপাঙ্কুরদা কথক জগোয় হৌদোকখি ॥ উত্তর ভারতনা কথক জগোয় শাবা হাল্লি ॥ মণিপুর জগোয় হায়বাসিদি শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা শান্নখিবা রাস লীলা জগোয় অত্থ শ্রীজয়সিংহ ভাগ্যচন্দ্র মাহারাজদা শ্রীগোবিন্দনা তাকলগা ভাগ্যচন্দ্র মাহারাজনা অমুক শ্রীযুক্ত ওঝা ঙাংবম সরূপানন্দবচিংবদা তাকলগা শ্রীসরূপানন্দ জগোয় হৈবা ওঝানা জগোয়গী ওঝা ওইত্থনা তমবিরগা শ্রীগোবিন্দদা জগোয় রাস কংখি ॥ রাসগী জগোয় ১লুং মটপাজাগী কীর্ত্তন অসি মথক্তা হায়রিবা মুদ্রা অঙ্গিনর জাল রাগ

রাগিনী যন্ত্রশিং অসি থুৎনা য়ৈবা যন্ত্রনা অসিনি চিন্না খোংবা যন্ত্রনা অসিনি হায়বনচিংবা ঐনা ঐনা তৌরিবা থবক অতুগী মতুং ইন্না পুথোক্তুনা মসি তৌরবদি অমুক হেন্ন পুং ইশৈ জগোয়নচিংবা নট পালা অসি চাওখৎলক্কনি হায়না নিংই।

মথক্ত হায়খ্রিব অজন্ত কুক্কাদা অমস্তুং পিতাম্বর মন্দিরদা স্তুংদা হত্তুনা ২ লাইগী মুর্ত্তি শাদুনা পোক্ত তৌদুনা জগোয় শেম্বনি লাইরিক অদু দাসি আয়তেম কৌরমই॥ মমৈথংদ। ভারত নাট্যম হায়দুনা হোংদোকখিবনি অস্তুন্না হায়বগী প্রমাণ লৈ॥

ভরত মুনিনা হায়বনি প্রমান শ্লোক ময়াম লৈরি॥ হৌজিক ফংলিবা ভরত নাট্যদদি য়াওদ্রে। পণ্ডিতশিংনা থন্নবদা আদি ভরত কৌবা অমা লৈরম্বা তারে॥ হায়নরে ভরত হায়বসি কনানো হায়না রূপোক তৌবদা ভ না ভাব, রনা রস রাগ হায়বনি, ত না তাল হায়বনি। ভাবনে রাগনে তালনে অহুম অসিনা তিন্নববু ভরত কৌই। কাব্য মালা ভরত নাট্যম হায়রগা লাইরিক্কী মমিংনি। ভারতনাট্যম হায়রগা জগোয়গী মমিংনি। অস্তুন্না হায়না লেপ্লরে॥ ইতি।

ভরত নাট্যম হায়বসি জগোয়গী কোযনি ভরত নাট্যমদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ হায়বাসিদদি মংফাওবা মংলমদরে হাইরমদ্রে রাগনে ইশৈনে জগোয়নে পুংলোন্নে কোন্ন কোননস্তু হায়রমদ্রে অমস্তুং ইরমদ্রে শক শোন্ননবা লাইরিক নত্তে বিচার তৌননবা লাইরিকনি। তাণ্ডব জগোয় ১০৮ লাস্যজগোয় ১২।১৩ রোম ভোমিচারি আকাশিকী চারি ৩২। ইশৈ তাল রাগ রাগিনী জগোয় কোন্ন কোন্ননদি ইরমদ্রে॥

চৈতন্য চরিতামৃতনা হাইরিবা চণ্ডিদাস বিদ্যাপতি রাইয় নাটক কর্ণামৃত গীত গোবিন্দ এইস্তেপ্রভু কাল যায়। সরূপ রাম-নন্দসনে মহাপ্রভু রাত্রিদিনে গানস্তনি পরম আনন্দ॥ অস্তুন্না হায়রি পঞ্চ রশিকগী ইশৈবু প্রভুনা আস্বাদন তৌই হায়রি। হায়খ্রিবা কবি

মঙা অসিনা লেংবা কাব্য মঙাসি করম্বা মরেং লেংবনো হায়রগা দেবদাসি অমগা লোইন লোইনা বিহার তৌরগা ১সুং শৃঙ্গার সম্ভোগকী মহাও খংলগা মাগী মাগী কাব্য লেংবনি চণ্ডিদাসগী রজকিনি ধবীনিঙোন। বিদ্যাপতিগী রাজসিবসিংহগী মচাকুপী লছিমা (রোমা) রামানন্দগী দেবদারি। বিল্ব মঙ্গলগী চিন্তামনি। জয়দেবগী পদ্মাপতি। শ্রীরূপ গোস্বামীগী মিরাবাই॥

চণ্ডিদাস বিদ্যপতিগী লাইরিক অনিসি কীর্ত্তণ ইশৈ শরুবা লাই-রিকনি। কৃষ্ণকর্ণা মৃত গীত গোবিন্দ অনিসিসু কীর্ত্তণ ইশৈ শরুবা লাইরিকনি। সংগীত হৈবা মথৈনা রাগ রাগিনী মরমদা য়াম্না নৈনরি অমসুং চিংনরি মী মীহুনা তৌরিবা সংগীত চর্চ্চাহুনা অচুম্বা অহেনবনি হায়না নিংনরি মহু নিংনবা চুমদে॥

ভারত খণ্ড, সঙ্গিত দামুদরনচিংবদা কয়া ২ হায়রি নারদ মুনিনা রাগ রাগিনী হৌবদা লান্দুনা সপ্ত সুরতিনগ্রাম হায়বা থুঙ্গং অহুমদা লৈবা মী পুম্নমক অঙ্গভঙ্গ ওইরে শ্রীকৃষ্ণনা নারদবু খংহনখি উহনখি নারদনা হংঙি নখোয় পুম্নমক্কী অঙ্গভঙ্গ ওইরিবসি করি তৌরুবগিনো হায়না হংবদা রাগ রাগিনীশিংনা থুমই। নারদ হায়বা অঙাওবা অমনা রাগ রাগিনী হৌবদা লাননা হৌহুনা ঐখোয় পুম্নমক অঙ্গভঙ্গ ওইরিবসিনি; অসি তারবদা নারদ ঋষিনা মহাদেবদা রাগ রাগিনী তমখি। মতুংদা অমুক চুম্না হৌবদা তিনগ্রাম অহুম লোইনা মুর্ত্তি সুখি। লোইনা অতেক অকাই হঙ্জিনখি। অসুম তৌনা নারদমক্না হৌবদা চুম্বা ঙমদ্রবা অহুগুম্বা রাগ রাগিনীবু মহাদেবদগী অমসুং নারদগী কনানা তমহৌবা অঙকপনি। হৌজিক পোকপা তাইবংমী ঐখোয়না করম্না চুম্না খংবা হৈবা ঙমগদগে। সংসারগী মপু ওইরিবা ভগবান ঈশ্বর মহাক নত্তনা, পুম্নমক মহাক্কি পুম্নমক খংবা। শ্যাম বেদগী ব্রহ্মানা গীত শেমই হায়। শ্যাম বেদদি লাইরিকনি, মীগুম্না ম্না ঙাংবসু নত্তে। মীবু শ্যাম বেদহুনা তমবিসু নত্তে। হৌজিক শ্যাম গান শকপদা বেসুর খোনগাই

তাবা মী অহুনা শকপদনা অহুমক লানগনি। বেস্থর নন্তবা অফবা স্থর চুম্বা মী অহুনা শকলগা অহুমক চুম্বা মশানা তাবনি। মথক্তা শ্লোক প্রমাণ কয়া কয়া পিহুনা রাগ রাগিনীগী মরম হায়জগ্রে। রাগ রাগিনী রস কায়দনা চুম্না শকলবদি তারিবা মীগী হৃদিদা ভুমহুনা লৈরিবা নাদব্রহ্ম অহুবু হৌদোক্তুনা মী অহুবু প্রেম পোকহনবা হর্ষরসদা নোকহনবা করুণ রসদা কপহনবা ঙমবা অমস্থং সমাজকি পুক্লিং পেলহনবা ঙম্বা অহুবু রাগ রাগিনী কাইদবা হায়বহু অহুম ওইরে। মাহা কবি তানসেন্না বসন্ত রাগ হৌবদা উরী-রারী, হৈপাল-লৈপাল, য়েলনিং হুনহল্লি। দ্বিপক রাগ হৌবদা মশা পুম্বা মৈনা চাকই। তানিনা মেঘ মল্লার রাগ হৌবদা নোং চুই। মণিপুরদস্থ মহাকবি অখাম ওঝা পুরেল রসানন্দনা, রাগ হৌদোক্লমই। ওঝানা কামোদ রাগ হৌবদা কাকয়েন হায়বা উচেক পাইথরক্তুনা ওঝাগী লেংবান্দা তোংলৈ। দ্বিপোক রাগ হৌবদা মৈ হৌই অমস্থং মেঘ মাল্লার রাগ হৌবদা নোং চুই হায়না পুম্নমকনা খংনরি। মরম অসিনা শিব, দুর্গা, তণ্ড, উষা, ভরত, মুনি, হনুমন্ত, আর্জ্জুন, শ্রীরাধা কৃষ্ণ, গোপী ময়াম, খম্বা, থোইবীনচিংবা লাই ময়াম্না শাথিবা মার্গ কৌবা জগোয় ইশৈগী মতৌ তমহুনা জগোয় ময়াম হৌজিক শান্নরিবা অসিনি। অথিবা মীনা শারগা অরানবা ওইনা উবা, ফজবা মীনা শারগা অচুম্বা ওইনা উবা তাল চাবা স্থর চুম্বা মীনা শক শোন্দুনা সমাজিক্কি পেন্নবা ওইরিবা অহুবু অচুমবনি হায়না লৌনরি। লাইরিক লক্ষা কোটি হৈহুনস্থু তালবু চান্ত্রবা স্থরবু চুমন্ত্রবদা মহুবু পেন্ননিংঙাই লৈতে। পুং ইশৈ জগোয়বু হৈন্ত্রবদি লাইরিক অহুনা লাই অহুনা ময়েক অহুতনা সংগীত ওইবা য়াদে॥

সংগীত দামুদোরনা সংগীতকী মগুণ হায়রমই সংগীত কেনরম্যেন স্থখং যস্য নচেতসি॥ মনুষা বৃষভো লোকে বিপ্রিনৈব সবঞ্চিত॥ গীতেনঃ হরিনী বন্ধংপ্রাপ্নুব্যন্তাপি পক্ষিন॥ বলাদায়ন্তি ফনিন

শিশবোনরুদস্তিচঃ ॥ পরমানন্দ বিবর্দ্ধন মভি মত ফলদং বশী করনম ॥ সকলজন চিওহরনং বিমুক্তি বীজংপরং গীতং ॥

সংগীতকী হৌনবী কাইদনা চুম্না শক্লবদা তারিবা, মী, অদুনা খংত্রবা মুংঙাইবা পোক্লেবা। অরানবা তারগদি মুংঙাইবা জীবদো বিধাতানা শেমলকপদা সংগীত তাননবা মনাকোং পালক্লবা মীনি মী অদু মী কৌত্রে মণগ। মাম্নরে হায়না শাস্ত্রনা লাওথোবলমই সংগিত হায়বাসিদি তাইবংপানবদদি থমখে', সজি, শামু, লিম্না, চিংবা, শা, ঙা জীব কয়া শুঙ্কৎপা ঙমই অঙাং কপ্পা সংগীতনা থেম্বা ঙমই হৌজিকমক অঙাংনা কপ্পদা মমানা ১শুং মী অমনা অঙাং অদুবু হুম হায়না ওঁংকার প্রনব তৌদুনা অঙাং পিকলিবা অদু ইলাই লাইনা তুমহল্লি। ১শুং থেম্বা ঙমই সংগীতনা অনাবা ফহল্লি। সংগীত হায়বাসিদি জীবগী লান্নবা মশকনি। সংগীত তাবদা সাধু পণ্ডিত-শিংনা অরানবা পুন্নমক হুন্দোকলগা মরক্তা অচুম্বা য়াওরকপা হরে কৃষ্ণ হায়বা য়াওরকপা অদুগুম্বা অদু লৌখত্লনা কাঙানা ঈশিং য়ানবা সঙ্গোমদা ইশিং থমলগা সঙ্গোমতা লৌথিবগুম অদুগুম্বা বৈষ্ণবশিংনা আস্বাদন তৌবা সংগিতনি ॥ দক্ষিণ ভারতনা জগোয় মপুং ফানা শাদবা করিগীনো হায়রবদি নারদ মুনিদা ভক্তি দেবীনা হায়খিবা প্রমান থন্নদং সুত্র ওইনা ইজরি। দ্রাবিরদা ভক্তি দেবী পোকই মতম থর লৈরমলগা জ্ঞান বৈরাগ কৌবা মচা অনি পোকই ॥ মতম থর লৈরগা মহারাষ্ট্রদা চৎলি মাদুদগী গুজরাট ( দ্বারিকা ) য়োবদদি ভক্তি দেবী হন্নথ্রে হন্নবী ওইথ্রে। ঘোর কলিগী পাপ্প লৈবা ঙমদ্রদুনা শ্রীবৃন্দাবনদা মচা অনিগা লোইনদুনা লাকলে নারদ মুনিগা উনরে ভক্তি দেবীনা হায়রকই হেঃ নারদ ঋষি লাইগী নোংদমদগী ঐ অসি তনৌ তনৌবী মুত্তিবু ফংজরে হন্নবা অনিসি ঐগী ইচান জ্ঞান বৈরাগ কৌই মতৌ অসুন্না ভক্তি দেবীগা নারদগা ঙাংনৈ। হায়রিবা অসিগী মফুংদা ভাবতি দ্রাবিড়, কর্ন্নাট, মাহারাষ্ট্র, গুজরাট, হায়রিবা দেশশিং অসিদা ভক্তি প্রচার তৌবা ঙমদে হায়বনি। জ্ঞান বৈরাগ্যাদি প্রচার

তৌবা ওমই হায়বদি ভক্তি নত্তবাবু হায়বনি শ্রীবৃন্দাবন য়ৌরগা ভক্তি প্রচার তৌবা য়ারে জ্ঞান বৈরাগ্য অনিগী প্রচার অহুদি বৃন্দাবনদা য়াদরে লৌত্রে মরম অহুনা মখোয় ২বু হন্নুরে হায়বনি মাঙ্গুগী প্রমাণ মখাদা ।। উৎপন্না দ্রাবিড়ে চাহং কর্ন্নাটে বৃদ্ধি মাগতা । স্থিতা কিঞ্চিন্মাহারাষ্ট্রে গুর্জ্জরে জীর্ণতাং গতা।। তত্রঘোর কলির্যোগ্যাৎ পাষণ্ডে খণ্ডিতা ত্মকা ।। দুর্ব্বলাহং চিরং জাতা পুত্রাভ্যাং সহমন্দতাম ।। বৃন্দাবন মিদং প্রাপ্তা দৈব যোগেন নারদ ।। জাতাহন্তু পুন র্বালা নর্বিনবরূপিনী ।। ইতিপঁদ্ম পুরান উত্তর খণ্ডে ১৯৩ অধ্যায় ৬৭৯ দা হায়রি মরম অসিনা দক্ষিণ ভারততা, প্রেম রসগী জগোয়দা ৱাৎপনি । উত্তর ভারত, লক্ষ্ণৌ, জয়পুর রোমদগী কথক জগোয় থে রকপনি । কথক জগোয় হায়বসি হুপীনা শাবদি খর কল্লি হুপানা শাবনা অমুক হেন্না কৈ, মরম অসিনা মণিপুরদা শারিবা জগোয় অসি প্রেম ভক্তি ফংনবা অমসুং ঈশ্বরনা পেনবিনবা শাব জগোয়নি হায়বনি ।। ঈশ্বরগী নাম শোনবা অমসুং গুণ লীলানচিংবা মতম পুন্নমক্তা অকাওবা নাইদন অহিং হুংথিনদা মসিতনা থবক শুবগুন্না শক শোন্দুনা, লৈবা মণিপুরনি । মণিপুরদা তৌরিবা কসিগুন্না ইনাক খুল্ল খুল্লবা মফমদা অমতা তৌদে মণিপুরতদা তৌই দক্ষিণ ভারতক উত্তর ভারতকসু ইশৈসু জগোয়সু য়াম্না খেন্নে । আলাউদ্দিনগী হাকতক্তা ইরাওগী লাকপা আমির খাসু কৌবা অষ্টাম্না পুরকপা রাগ রাগিসা ইশৈ পুংলোন জগোয়শিংদা উত্তর ভারততনা য়াম্না চৎনৈ । হায়গ্রিবা জগোয়শিংগা মণিপুরগী জগোয়গা য়াম্না খেন্নে মান্নদে । শ্রীজয়সিংহ ভাগ্যচন্দ্রগী শ্রীগোবিন্দগা নবদ্বীপ বৃন্দাবনদা লাৎলিবা শ্রীগোবিন্দগসু মান্নদে । মণিপুরগী শ্রীগোবিন্দনা খোল্লিবা চন্দন বানানি শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মাহাশয়গী বানামিনি, শাথেক, বংশী মুদ্রা, আহর্য্যনচিংবা মান্নদে, মণিপুরগীনা তোঙাল্লি । শরৎ পূর্ণিমাদা শ্রীকৃষ্ণনা রাস মণ্ডলদা গোপী কোটি অহুমগা লোইননা মাহারাস শান্নৈ, ব্রহ্মাগীকল্প অমা চিংশিন্দুনা হায়বা অসিদা হৌজিক ভারতকী মী অসি

কোটি চহুম শুদে, তৌরিদ্রা তৌরিরোইদ্রা গুরু ব্যাসগী বচন অসি ভাব তাবা হুমদে হায়না মলরারগী সাধুশিংগী মরক্তগী সাধু ১২ গীনা সমাধিদা হায়রিবা অসি অমুক্তং শাম্নথি। কোটি অহুম হায়বদি গোপী ভাব তৌবা ময়াম পুম্নমকপু হায়বনি হায়না মখোয়গী ভজন্দা ফাওথি। অসিগুম্বা সাধুশিংনা থন্নবদা ওন্থোক্লা তাংন ফংলবা খংবদা রারবা রাসবু শ্রীভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোকলমই। ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দ, শ্রীগোপী নাথ, শ্রীমদন মোহন হায়বা অহুম্ন থোক্লা পুথোকলমই। পদ্মনাভনা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি শাবদা অহানবা শাবনা মাইথোং মাল্লি, গোবিন্দ কৌই, মথংদা শাবনা থবাক মাল্লি হায়ত্নুনা গোপীনাথ কৌই, অরোইবদা শাবনা খ্বাংদগীনাচরণ ফাওবা মাল্লি হায়ত্নুনা মদন মুহন কৌই। মসি পুম্নমক মণিপুরদসু শ্রীগোবিন্দ স্নাকোম্নুং রাজ বাড়িদা লাৎলিবসিনি। মদন মুহন্না চৈরাপ মনিংদা লাৎলিবসিনি। গোপীনাথনা নিংথৌ-খোংদা লাৎলিবা অসিনি। অসিগুম্বা মিংচৎ চাওরবা শ্রীগোবিন্দগী সেবা ফংথিবা লাইবক ফবা নিংথৌশিংগী মমিং মখাদা ইজরকই। শ্রীযুক্ত মাহারাজ ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ স্বর্গতি ওইথিবা চৈথারোল কুম-বাবদা হায়বা শকাব্দ ১৭২০, লাংবন হুমনি পানবা ইরাই নুমিৎনি হায়না অচৌবা চন্দ্রশিংনা শেংদোকথি। মুর্সিদা বাদনা খংদত্নুনা মেরাগী হুমনি পানবা হায়বনি। ১।

২। মচাইবুংঙো শ্রীযুক্ত লাবৈন্যচন্দ্র হিয়াংগৈ ২৭ নি পানবদা স্বর্গতি ওইথি।

৩। শ্রীযুক্ত মধুচন্দ্র লমদাগী ২৮ নি পানবা।

৪। শ্রীযুক্ত চৌরজিত মাহারাজ।

৫। শ্রীযুক্ত মারজিত মাহারাজ।

৬। শ্রীযুক্ত গম্ভিরসিংহ মাহারাজ।

৭। শ্রীযুক্ত নরসিংহ মাহারাজ।

৮। শ্রীযুক্ত দেবেন্দ্রজিৎ সিংহ মাহারাজ।

৯। শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কালেন ১৭ নি পানবা।

১০। শ্রীযুক্ত সুরচন্দ্র সিংহ মাহারাজ।
১১। শ্রীযুক্ত কুলচন্দ্র সিংহ মাহারাজ।
১২। শ্রীযুক্ত চুড়াচান্দ সিংহ হিয়াংঙ্গৈ ১৭ নি পানবা।
১৩। শ্রীযুক্ত বোধচন্দ্র সিংহ হিয়াঙ্গৈ কৃষ্ণা একাদশী। নিংথৌ ১৩ অসি গোবিন্দগী সেবা চৎলমই।

## হৌজিক মথাদা তালগী খরদং ইজরি।

গীতানু রঞ্জক বাদ্যং গীতানুরুঞ্জক নাট্যম। ইশৈগী মতুং ইন্না পুং য়ৈবনি, পুং য়ৈবগী মতুং মতুং ইন্না জগোয় শাবনি। তাল কাইরবদি ইশৈ শকপা, জগোয় শাবা য়াদে। মতুগী প্রমাণ ভক্তি রত্নাকরনা হায়রি—

বিনাতালেন গীতাদের্গতি সন্ধিন যায়তে। কর্ন্নাধারং বিনা নাবইবা তস্তানপ্রচক্ষতে। তথা চানয়স্তাল শব্দেব্যুৎপত্তি বহুধেরিতা।

ইশৈ শকপদা, পুলোন য়ৈবদা, জগোয় শাবদা, তাল কায়রবদি হিনাও শাবা য়াওদনা চৎপা হি-গুমই হায়না ভক্তি রত্নাকরনা হায়রমই।

## মাত্রাগী মরোল

মাত্রা হায়বা মরোল শব্দসে সংস্কৃত শব্দনি। মী পুন্নমক মাত্রা হায়গনি। সংস্কৃত, হিন্দী, উর্দ্দু, বাঙ্গলা, মৈতৈ লোন্নচিংবা লোন পুন্নমকনা মাত্রা হায়না শিজিন্নগনি। মা, ধাতুদগী থোক্পনি। মণিপুরী ভাষাদসু চপ চাবা মিং লৈতে। মরম অসিনা পারিভাষিক শব্দ অসি মৈতৈ লোনদসু মাত্রা হায়গনি। মাত্রগী অর্থ— অতেল, অশাং নত্রগা পিশক্কী, অসুক তৌল্লি, মসুক শাংই, মসুক চাওই, মসুক পিকই, হায়বা থংনবগীদমক য়েংবা চাং অতবু মাত্রা কৌই। ব্যাকরন্না মাত্রা অমবু হ্রস্ব কৌই। মাত্রা অনিবু দীর্ঘ কৌই। মাত্রা অহুমবু প্লুট কৌই। মাত্রা তংখাই অমবু ব্যঞ্জন কৌই। প্রমাণদি—

এক মাত্র ভবেদ্ হ্রস্ব দ্বি, মাত্রা, দীর্ঘ উচ্যতে। মাত্রাস্তু প্লুট জ্ঞেয়ং ব্যঞ্জন চার্দ্ধংমাম কং। চাষবদা দেক মাত্রং দ্বিমাত্রং বায় সবদেৎ। ত্রিমাত্রস্তু শিখি রুয়াম্ন কুক্ষর্দ্ধ মাত্রকং। শেন্দাংনা খোংবা চেক চেক খোংববু এক মাত্র, মাত্রা অমা কৌই। কাক্না কাক কাক খোংববু মাত্রা অনি কৌই। রাহোংনা খোংববু মাত্রা অহুম লৌই। খৈরোইনা খোংববু মাত্রা তংখাই লৌই। ছন্দ শাস্ত্রনা হ্রস্ববু লঘু কৌই, দীর্ঘবু গুরু কৌই। মাত্রা হায়বদি রা ঙাংবা, লাইরিক পাবদা ইশৈ শকপদা, পুং য়ৈবদা, জগোয় শাবদা, চৎপদ, লেংঙৎপদা, মুংশাস্বর হোল্লিবা, মীৎ কুপলিববুসু মাত্রানি। মাত্রাদগী হস্তপ্রবদি য়াম্না কুপপ্লবা মশিং থিবা য়াক্সবহুদি শিজিন্নদ্রে। দীর্ঘবাগুরু অমা নম্রগা উচ্চারণ তৌবদা মাত্র অনিগী মতম চংই। মীওইবনা মশানা য়েক্তনা স্বর কিতুপ কাইদনা চপ চানা স্বরগী হোন্দোক হোজিন তৌবা, অমুক হোনবদা চংবা চাং তৌবদা, মাত্রা ২০ চংই। শাস্ত্রগী শাস্ত্রকার শিংনা প্রমাণ তৌই।

দশগুর্বাক্ষ য়োচ্চার: কাল: প্রাণ: ষড়াত্মবৈঃ তৈলংস্যাৎ ততঃ সষ্ট্যাদণ্ড ইত্যাভিধীয়তেঃ। গুরুবর্ন্ন তরা উচ্চারণ তৌবদা চংবা মতমবু প্রাণ অমা কৌই। প্রাণ তরুকপু, পল অমা কৌই। পল ৬০ বু দণ্ড অমা কৌই। মরম অসিনা পল অমদা মাত্রা ১২০ নি। গুরুবর্ন্ন ৬০ ন শাবা মখাদা হরিবা শ্লোক অসিনা পাবদা পল অমা চংই। শ্লোক অসিবু ৬০ রক পাবদা দণ্ড অমা চংই। যথা।

মা কান্তে পক্ষস্যান্তে পর্য্য কাশেদেশেস্বা পসী: কান্তঃ বক্তুং পুন্নং চন্দ্রং মত্বা রাত্রৌ চেৎ। ক্ষুৎক্ষাম: প্রাটং শেচত শেচতো রাহুঃ ক্রুর: প্রদাৎ। তস্মাদধ্বান্তে হর্মস্যান্তে শব্যে কান্তে কর্ত্তব্যা।

শাস্ত্রকারগী রাহৈ অসিনা খংবা ঙমই। মাত্রা অমগী চাং ওনবা, পোৎতি করিনো বিজ্ঞান হৈবশিংনা মতমগী চাং খংননবা শারকলিবা ঘড়ীগী সেকেণ্ডগী শরুক মঙা থোকপগী শরুক অমগা মান্নে।

পশ্চাত্যগনিত হৈবা পণ্ডিতশিংনা মখোয়গী বিজ্ঞানগী পাঙ্গলনা মতমগী চাং পুথোকলে। সেকেণ্ড তরা থোকপগী শরুক অমনা করিগুম্বা মীংকী খঞ্জিনবদা মীংনা উবা শরুক্তো খঞ্জিনবা উহল্দবা ঙমদে, মরমদি মাত্রা তংখাই ওইবদগী ঙমদবনি। হায়রিবসি লাইরিক পাবা, রা ঙাংবগী বিচারনি। মাত্রা হায়বসি পুংলোন্দা লৈবা নত্তে। পুংলোনগী মাত্রা মশিং থিরগা ৭ নি ৮ নি হায়রবদি রা ঙাংবগী ময়েকস্থু মশিং থিকম থোকই। ইশৈগী ছন্দ স্বরগী মশিংস্থু থিকম থোকই। জগোয় শাথেক খুৎথেক থোংচৎকীস্থু মশিং থিকম থোকই। ইশৈগী জগোয়গী অতেল অশাংগী চাংস্থু য়েংক্ষম থোকই। মীৎ অমুক কুপ্পগী মাত্রা তঙ্খাই অমনি। হিন্দী শাস্ত্রনা নিমিষ মাত্র কৌই, মৈতৈনা মিকুপ কৌই। মাত্রাদগী তাল কৌবা অমা থোরকই।

## তাল ইতি

তাল: তলপ্রতিষ্ঠায়া নিতিধাতের্ঘঞিস্মৃত:। গীত বাদ্যং তথা নৃত্যং যত স্তালেপ্রতিষ্ঠি তম:। সারঙ্গ দেব কৃত সঙ্গিৎ রত্নাকরনা হায়বনি। তাল হায়বসিনা মতমবু চাং নাইনা খাইদোকই। করম্না খায়দোকপগে হায়রবদি— স্বরগী স্থিতি স্বরনা লৈবগী চাং অমস্থুং গতি চৎপগী মতমবু চাং তোনবা উপাইবু তাল কৌই। তাল হায়বসি মাত্রাগী মশিং য়েংই। স্বরগী লৈক্ষম য়েংই। ব্রহ্মানা তাল পুশোকনবা পুং শেম্বনি। ব্রহ্মানা গণেশবু পুং য়ৈহল্লি। অহানবদা গণেশনা য়ৈবা পুংগী মমিংদি লৈপাকনা শাবা মৃদঙ্গ হায়বসিনি। শাস্ত্রনা অমদা হায়রি— তাণ্ডবগী, ত-গা লাস্যগী ল-গা তিন্নরগা তাল হায়বা মমিং অসি থোল্লি। অস্থুম্নস্থু হায়রি, ইশৈ শকপদা, জগোয় শাবদা, পুংলোন য়ৈত্রবদি ফজদে। ইশৈ জগোয় য়াওদনা পুংলোন ঙাক্তা য়ৈবস্থু ফজদে। যন্ত্রদগী থোরকপা শব্দশিংগী অর্থ খংবা ঙমদে। বর্ম্ম গা লোইননা চিন্না ঙাংবা, লাইরিক পাবা, য়ারী তারিবা, ইশৈ শকপগীদি অর্থ লৈ, ভাব রস লৈ, কায় হায়বা

খংবা ঙমই। পুং অমস্সুং জগোয় যন্ত্রনচিংবা অসি ইশৈগী ভূষণনি। দ্রুত লঘ্বাদি রুপাদ্য ক্রিয়া মানোপ লঙ্কীত গীতাদি কংপরি শিন্দন কাল স্তাল হতি বিঃ তঃ। কুন্ত। ভরত কোষ। অর্থদি— দ্রুত, লঘুনচিংবা তৌগদৌরিবা থবক্কী মচাংনা খঙহল্লিবা, নৃত্য, গীত বাদ্যগী মশক, মওং, মতৌ, তাকলিবা কাল, কলা অহুবু তাল কৌই। অস্মুমস্মু হায়রি, ত্রয়ো লয়াস্তু বিজ্ঞেয়া দ্রুত মধ্য বিলম্বিতাঃ যস্তত্র তুলয়ো মধ্য-স্তৎ প্রমাণা কলা ভবেৎ। কলা কাল প্রমাণেন তাল ইত্যভি সংজ্ঞত। নাট্যশাস্ত্রে। অর্থ, লয় মথল অহুমনি দ্রুত লয়, মধ্যলয়, বিলম্বিতলয়, থুনা লৌববু দ্রুতলয়, ময়াই ওইনা লৌববু মধ্য লয় কৌই। তপ্পা লৌববু শাংনা লৌববু বিলম্বিত লয় কৌই। হায়রিবা অসিগী মহুংদা মধ্য লয়বু কলাস্মু কৌই। কলাগী চাংদি অসিনি হায়না খংহন্না অহুবু তাল কৌই। মথক্তা হায়গ্রবা তাণ্ডবগী অহান্বা ময়েক্তা তা, লাস্যগী ল, গা তিম্নরগা তাল হায়বা মিং অসি থোম্বনি হায়বসি সঙ্গীত দামুদরনচিংবা সঙ্গীত শাস্ত্রদা হায়রি। উপত্ত্যাদি ত্রয়ং লোকে যত স্তালেন যায়তে। কীটাদি পশুনাঞ্চ তালেনৈবগতিভবেৎ। যানি কানিচ কর্ম্মানি লোকে তালা শ্রিতানিচঃ। আদি ত্যাদি গ্রহনাঞ্চ তালেনৈবগতি র্ভবেৎ। ( রাগ কল্প দ্রুম )

মরোল অহুমমক্কী মহুংদা পোকপা হিংবা শিবা পুম্নমক তালগী মহুং চল্লি। ভুমিৎ, কাংদগী হৌবা শা, ঙা, জীব পুম্নমক পোকপনা চিংবা শিবা, তালগী মহুং চল্লি। মুমিৎ থানচিংবা গ্রহ নক্ষত্র পুম্নমক তালগী মহুং চল্লি, তাল কাইনা চৎতে।

মুখ প্রধান দেহস্য মুখমধ্যকে। তালহিনং তথা গীতং নাসা-হিনং মুখং যথা॥

মীওইবগী মশক, নাতোম্না ফজহনবগুম্না পুং, ইশৈ, জগোয় পুম্নমক তাল হায়বসিনা ফজহল্লি। তাল কাইবা পুংলোন, ইশৈ, জগোয় অহুদি মনাতোন য়াওদবা মীগুম্বনি।

কালো মার্গ ক্রিয়াঙ্গানি গ্রহো জাতি কলালয়ঃ ॥
যতি প্রস্তারক শ্চেতি তাল প্রানা দশ স্মৃতাঃ ॥

নারদ মুনিকৃত সঙ্গীতমকরন্দনা হায়বা— মীওইবদা ১ প্রান ২ আপান, ৩ সমান, ৪ ব্যান, ৫ উদান, ৬ নাগ, ৭ কূর্ম্ম, ৮ কৃকর, ৯ দেবদত্ত, ১০ ধনঞ্জয় ॥ থৱায় ১০ শুবগুম্না তালশিংসু থৱাই ১০ শুই। মহুদি— ১ কাল, ২ মার্গ, ৩ ক্রিয়া, ৪ অঙ্গ, ৫ গ্রহ, ৬ জাতি, ৭ কলা, ৮ লয়, ৯ যতি, ১০ প্রস্তার, মসিগী উদাহরণদি সঙ্গীত মকরন্দ অমসুং শারদ তণয়কৃত ভাব প্রকাশনমগা ছন্দ শাস্ত্রগা মত থেন্নবা থরদং মথাদা হায়জগে—

ছন্দ শাস্ত্রে একস্য লঘোরুচ্চারণ কালমাত্রেতি কথ্যতে। তালেতু চতুষ্পাদাত্মকং চতুরশ্রসৈক কলস্য ॥ দ্বিকল চতুস্কলয়োর্বা ত্রংস্য একদ্বিচতু স্কলানাং বারূপং মাত্রোচ্যতে ॥ শারদতনয় কৃত।

ছন্দ শাস্ত্রদা লঘু অমবু মাত্র অমনি হায়না লৌবহু তাল শাস্ত্রনা মমিং মঙা হায়রি— ১ চতুর শ্র, ২ এক তাল, ৩ দ্বিকল, ৪ চতুস্কল, ৫ ত্র্যশ্র তাল শাস্ত্রনা মাত্রাবু মার্গি অমসুং দেশী হায়না মমিং থোল্লি। লঘু অমবু দেশী তালদা মাত্রা মরিনি, হায়না লৌবহু মার্গি তালদা মাত্রা মঙানি হায়না লৌই প্রমাণদি, পঞ্চলঘক্ষ বোচ্চরমিতা মাত্রেহ কথ্যতে। অনয়া মাত্র য়াহ ত্রস্যাল্লঘু গুর্ব্বাদি কল্পনা ॥ সঙ্গীত রত্নাকর। ক, চ, ত, ট, প, ময়েক মঙাসি উচ্চারণ তৌবদা চংবা মতমবু মগিদা লঘু অমনি হায়বহু, দেশী তালদা ময়েক মরি হায়বদা চংবা মতমবু দেশী কৌই হায়বনি মার্গি হাগবসিদি রাগ রাগিনীসু, পুংলোন জগোয় ইশৈ ভাব রস পুন্নমক লাইরিক্না হায়বা নিয়মহু করি অমতা কায়বা, লানবা, য়াদে হায়রিবসিদি, লাইতনা ওমই মীওইবনদি ওমদে, মরম অসিদগী নৃত্য হায়বসি মার্গনি, স্বর্গদা লাইশিংনা তৌখিবা মতৌ, মীওইবনা তমহনা তৌবা মথৈবু দেশী কৌই।

দেশী হায়বসিদি মাগী মাগী দেশ দেশ অতুগী লোনগী ইশৈ শক্লবা কিজেৎসু মান্নদবা, লাইনিংসু মান্নদবা, খোনথোক তিন্নদবা, অমগা অমগা মান্নদে। মানা মানা থোকপা শেমতুনা তৌনরিবা অসি দেশী কৌই। দেশ দেশ অতুগী ওঋাশিংনা ঋষিশিংনা মাগী মাগী চৎনবী মতুং ইন্না শেম শেমতুনা চৎনরি। দেশী হায়বসি লোয়বা নাইত্রবা বিদ্যানি। মতাং অসিদা ফোক ডান্সগী সংজ্ঞা অসি ভারতকী হিন্দীগী নাট্য বেদদা য়াওবা উত্রি। ফোক ডান্স হায়বদি সাধারণ প্রজ্ঞাশিংনা, অরাইবা ইচম চম্বা অর্থ লৈতবা মী পুন্নমক্লা হেক্তা শাবা ভম্বা, জগোয় অতু শারিডৈদা অমসু অমসু হেক্তা য়াওতুনা শাবা ভম্বা জগোয়বু ফোক ডান্স কৌই হায়নৈ। মতু ওইরবদি ঐখোয়গী মনিপুরগী ফোক ডান্সদি খাবল চোংবী জগোয়বু ফোক ডান্স হায়বা তারে। মতু নত্তবা অতৈ লাইহরাওবা জগোয়, নট পালাগী সঙ্কীর্ত্তণদি ফোক ডান্স নত্তে। নৃত্য ক্লাসিকেননি ক্রিয়া প্রান হায়জগে, মখাদা ক্রিয়া হায়বসি মখল অনি শুই, স শব্দ হায়বসি, শব্দ হায়বা অমা স, শব্দদা মখোল থোকপা মখল মরি শুই, মতুদি— ১ ধ্রুব, ২ শম্পা, ৩ তাল, ৪ সন্নিপাতনি। শব্দদা মখোল থোক্তবা মখল মরি, মতুদি— ১ আবাপ, ২ নিস্ক্রাম, ৩ বিক্ষেপ, ৪ প্রবেশক, অসিনি। স শব্দ হায়গে— ১ ধ্রুব থুৎকাপী কাপ্তুনা তাল থাববু ধ্রুব কৌই। ২ সম্পা, য়েৎকী থুবাকনা, ওইগী থুবাক্তা তাল থাববু সম্পা কৌই। তাল, ওইগী থুৎনা য়েৎকী থুক্তা তাল থাববু তাল কৌই। সন্নিপাত, মাংদা থুৎ অনিনা থুবাক থুতুনা তাল থাবদো সন্নিপাত কৌই। মসি মণিপুরদদি থুবাক ইশৈ পালা হায়তুনা লুপা পালা লুপী পালা শকইবসিনি। অসিগুম্বা শাস্ত্রনা হায়বসি শুনা তৌবদি মনিপুরতনা শুনা তৌই।

## নিশব্দ হায়গে

আবাপ, থুৎ লোংনা থাংগৎতুনা মাত্রাগী মতুং ইন্না থুৎচা অমমম

থেকপবু আবাপ কৌই। নিসৃক্রাম আবাপ্তা কোনশিনখিবা খুংচাশিংদো থাদে'কপবু নিসক্রাম কৌই।

বিক্ষেপ— মথক্কী নিস্ক্রাম অসি য়েংলোমদা থাদোকপবু বিক্ষেপ কৌই।

প্রবেশক— হায়দোকখিবা খুং অহু মাংদা পুশিল্লকপবু প্রবেশক কৌই।

হায়খ্রিবা অসিগী প্রমাণ শ্লোক— মার্গদেশী গতত্বেন দ্যস্থ ক্রিয়া দ্বিধা। নি শব্দা শব্দ যুক্তাচ নি: শব্দাতু কলো চ্যতে। স্যাদাবাহর্থ নিস্ক্রামো বিক্ষেপশ্চ প্রবেশক:। নিশব্দেতি চত্তুর্ধোক্ত স শব্দাহপি চত্তুর্বিধা ধ্রুব, শমপাত ত্তস্তাল: সন্নিপাত ইতিরিতা॥

(সঙ্গীত রত্নাকর)

গ্রহপ্রাণ হায়গে— সংমাহতিতোহনাগতস্য গ্রহস্তাল্কেত্রিধামত:। গীতাদি সম ক'লস্তূ সমপানিঃ সমগ্রহ:। সোহ পানি রতিত: স্যাদ্যোগী তাদৌ প্রবর্ত্ততে। অনাগত প্রাক প্রবৃত্ত: সত্রবো পরিপনিকা॥

গ্রহপ্রান হায়বদি করিগুম্বা তাল অমগী অহোবহু গ্রহ কৌই। গ্রহ মথল অহুমনি হায়ব্রি। মহুদি— ১ সম, ২ অতিত, ৩ অনাগত, কনাগুম্বা পণ্ডিত অমগী মত্ত অমা লৈরি মহুদি বিষম। বিষম হায়বসিগা থারগা মরি শুগদবনি। অহুমদি চুমদে হায়বা য়াওরি।

সম— ইশৈগা তালগা চপ মান্নবা থামিন্নববু, হৌমিন্নববু সম কৌই। তালকোকস্থু কৌই। সম অসিদা হেক হেক হৰ্জিনবা হৌনৈ। সম অসিবু সঙ্গীত শাস্ত্রনা মমিং অনি থোক্লি, মহুদি, সম পানী অমসুং তাল। মণিপুর ওঝাশিংনা তাল হায়বসি য়েং ওই হায়ত্নুনা থায়দোকই। য়েংনা তালকোবনি সমনি হায়না লোই। য়েত্তগী হোবা য়েত্তা লোইবা হৌনৈ। য়েত্তগী হৌখিবা সম অহু ওইদা লোহবদি তাল কাইরে হায়ত্নুনা তৌনদে।

অতিত হায়গে - ইশৈনা হাল্লগা তালনা কোম্না থাববু অতিত কৌই। অতিত অসিবু মমিং অনিগুই, মতুদি— ১ অব প্রানি. ২ বিতাল। ১ ২ অব পানি বিতাল অনিসিবু ইশৈনা হাল্লগা তাম্না কোম্না থাবনি।

অনাগত হায়গে— অনাগত হায়বসি অনুগতসু কৌই। তালনা হাল্লগা ইশৈনা কোনববু অনাগত কৌই।

## বিষম হায়গে

ইশৈনা হানগ্রগা তালনা কোম্না থাবা নত্রগা তালনা হাল্লগা ইশৈনা কোনবহুবু বিষম কৌই। বিষম অসি প্রতি তালসু কৌই।

## জাতি প্রান হায়গে

চতুরশ্রস্তথা ত্র্যশ্রঃ খন্তো মিশ্রস্তথৈবচ। সঙ্কীর্ণঃ পঞ্চবিজ্ঞেয়া জায়ত ক্রমসোবুধৈঃ॥

তাল হায়বসি জাতি মঙা শুই, মতুদি— ১ চতুরশ্র, ২ ত্র্যশ্র, ৩ খণ্ড, ৪ মিশ্র, ৫ সঙ্কীর্ণ। তালগী জাতি হায়খিবগী মরমদি, চতুরশ্র জাতিগী মনুংদা বর্ণ মরি থোকপি। মাগী মাত্রাসু মরিনি, জাতি বর্ণ মাত্রা— ত্র্যস্য ৩-৩, খণ্ড ৫-৫, মিশ্র ৭-৭, সঙ্কীর্ণ ৯-৯। চতুরশ্রনা ব্রাহ্মণ, ত্র্যস্যনা ক্ষেত্রি, খণ্ডনা বৈস্য, মিশ্রনা সুদ্র। জাতি অসি তিন্নবা অতুদি সঙ্কীর্ণ কৌই।

## কাল প্রান হায়গে

পুং য়ৈবগী মখোল মঙং ৮ নি, মতুদি— ১ ধ্রুবকা, ২ সর্পিনী, ৩ কৃষ্ণ, ৪ পদ্মনীচ, ৫ বিসর্জিত ৬ বিক্ষিপ্তাখ্যা, ৭ পাতাকচ, ৮ মাত্রা স্যাৎ পতিহইমী। ১ ধ্রুবকা, ২ সাপিনী, ৩ কৃষ্ণা, ৪ পদ্মনী, ৫ বিসর্জিতা, ৬ বিক্ষিপ্তা, ৭ পতকা, ৮ পতিতা, অসিনি। ধ্রুবকা স সব্দাতু ধ্রুবাজ্ঞেয়ং। মখোল য়াম্না খোক্না হৌনা য়ৈববু ধ্রুবকা কৌই। সাপিনী সর্পিনী বামগামিনি। ওইগী খুৎনা পুং মরুদা য়াম্না কম্না হৌনা য়ৈববু সপিনী কৌই কৃষ্ণা (চোপর) কৃষ্ণাদক্ষিণ তোগত্রি। মনাওদা চাপর

মরোল শে না য়বব কৃষ্ণা কৌই। পদ্মিমী— পদ্মিনী স্যাদধোগতা। খুৎ অনিমক চপ মান্নমা মথারোমদা হায়থরগা য়েবা, মথকলোমদা খুৎ হায়গৎলক্রুববু, পদ্মিনী কৌই। বিসর্জিতা—বিসর্জিতা বহির্যাতা। খুৎ থাঙ্গৎতুনা হা লাওববু বিসর্জিতা কৌই। বিক্ষিপ্তা কৃষ্ণনাত্মিকা, খুৎচা কোল'শল্লগা খুলোন য়াওদনা মত চলোম তোববু বিক্ষিপ্তা কৌই। পতকা— পতকাতুর্দ্ধ'গামিনী। মথকলোমদা খুৎ হাইগৎ হাইগৎলুরগা য়েবহু পতকা কৌই। পতিকা কর পাতনাৎ, পুংলোন হেক হেক য়েরগা মথারোমদা খুৎকী মুদ্রা পিবহু পতিকা কৌই। মথক্তা মার্গ হায়বসি দেবতানা তৌই হায়গ্রে। পুংগী থরাই ১০গী মতুংচনবা মার্গবু হায়গে—

মার্গঃ মার্গাঃ স্যস্তত্রচত্বারো ধ্রুবশ্চিত্রশ্চ বাত্রিক:। দক্ষিণ শ্চেতি তত্রস্যাদ ধ্রুবকে মাত্রিকা কলা। সে যেষু চতুস্মো ক্রমা স্মাত্রাঃ কলা ভবেৎ॥

১ ধ্রুবা, ২ চিত্র, ৩ বাত্রর্ক, ৪ দক্ষিণ, অ'সিনি। কনাগুম্বা পণ্ডিত অমনা মথল মঙা শুই হায়, মহুদি— ১ দক্ষিণ, ২ বাত্র'ক, ৩ চিত্রতর, ৪. চিত্র', ৫ অতি চিত্রতম, অসুম্না মঙা শুই হায়রি। হায়রিবা অসি মণিপুরগী পুং য়েবদা লোইনা য়াওই, তৌই পুং, করতাল,, বিনা, বাঁশী. যন্ত্র পুম্নমক অসি ধন্যাত্মকনি, বর্ণ'াত্মক নত্তে। হায়রি হায়রিবা যন্ত্র ময়াম অাস ইশৈগী মতেং পাংবনি অমসুং জগোয়স্থু ইশৈগী ম:তং পাংবনি হায়রিবসি বাচিকা ভিনয়ং। ইশৈ হায়বসি য়াওদ্রবদি সমাজিক্তা ভাব রস পুম্নমক তশেংনা খঙহনবা ঙমদে হায়বনি।

**মথা অসি ত্রাইবেল হায়বদি হাওগী জগোই**
**হোরকফম থরদং হায়গে॥**

ত্রাইবেলগী জগোই অসিসু মথক্কি হায়জপ্রিবা শ্লোকা লোইননা

ইজবদা য়াওগ্রিবা অহুগুম্না অহানবদা নাট্য বেদ শেমলে, মচানিপা ভরততা তম্বিরে। ভরতনা মাহাদেবগী মমা‌দা জগোয় অহু শারে মাহাদেবনা পেল্লহ্না, মাহাদেবগী উদ্ধত্য কোবা জগোয়বু শাহ্না মনাই তণ্ডদা তম্বিরে। তণ্ডদগী ভরতনা মাহাদেবগী জগোয় অহু তমলগা ভরতনা মুনিশিংদা তমবিখি। মুনিশিংনা ভারততা মথং মথং তমবিখি মতো অশুম্না তাণ্ডব জগোয় অমসুং লাস্য জগোয় অসি ভারত য়োম্রে। ত্রাইবেলগীসু জাতি জাতিগী ধর্ম্মগী মতুং ইন্না মথং মথং মথোয়গী জগোয়, ইশৈ শেমনখি। হৌজিক ত্রাইবেলগীসু অহৌবদা হোয় হোয় হায়না লাওহ্না ওঁ: কার প্রনব তৌরগা ইশৈ শকই জগোয় শাই, পুং য়ৈ। ত্রাইবেলগী জগোয় শায়। মৈতৈগী লাই হরাওবগী জগোয়গা য়াম্না মান্নবা য়াওই। ধর্ম্ম তিন্নবদা, চিঙ্গাক তিন্নদবা, লোল তিন্নদবা মরমদগী তোঙাল তোঙাল উরুবতনি। বৃপ্না মিমাংসা তৌহ্না য়েংলবদি, জীব পুন্নমক্না তৌরিবা পুন্নমক ঈশ্বরনা শেম্বা ঙাক্তনি। লোল্লিবা লোল পুন্নমক ইবুংঙো মহাক্কী লোল ঙাক্তনি। মতুগী প্রমাণ মথক্তা তৌজগ্রে। শ্লোকা লোয়ননা মখাদা খরদং সাধারণ মীরোন্দা প্রমাণ খরদং ইজগে। শা-উচেক্না খোংলিবা, মচা কাইনরগা রাহ্না খোংবা, পুন্নমক চিৎ শক্তি হায়বা ইবুংঙো মহাক্তি মাগী মাগী মরোল, মানা শেম্বা ঙাক্তনিনা লোইনা খঙবী। জীব পুন্নমক জীব শক্তি ওইবা তাইবংমী ঐখোয়নদি খঙবা ঙমদে।

মরম অসিনা ঐগী ঐগী কণ্ঠংগী মতুং ইন্না চৎনরিবা মীওইবনা মাগী মাগী পুংলোন, ইশৈ, জগোয় পুন্নমক চাওখৎনবা হোৎনবদা মানা মানা ঙম্বা শক্তিনা, পুং য়ৈবনা পুংলোন শেম্বা, ইশৈ শকপনা ইশৈ শেম্বা, জগোয় হৈবনা জগোয় শেম্বা তৌগদবনি। অহুবু জ্ঞান তানা হৌনবী মতুং ইন্না মথক্কী নিয়ম পুন্নমক য়েংহ্না তৌগদবনি। মসিগী মতুংদা মণিপুরগী পুংদা, ইশৈদা, জগোয়দা, পেনাদা, খোংজোংদা, ব্লারীদা ফাওখিবা ওঝা খরদংগী মমিং ইজরি। ইতি—

# মণিপুরগী হরি সঙ্কীর্ত্তণগী শিক্ষাগুরু প্রণালিকা

১। শ্রীশ্রী ১০৮, শিক্ষাগুরু শ্রীগোস্বায় চরণাবিন্দে ভ্যোং নমঃ।
২। তদনুগত শ্রী৺ ভাগ্যচন্দ্র মাহারাজ চরণ কমলে ভ্যোং নমঃ।
৩। তদনুগত শ্রী:চৌরজীৎ মাহারাজ চরণ কমলে ভ্যোং নমঃ।
৪। তদনুগত শ্রীমারজিৎ মাহারাজ চরণ কমলে ভ্যোং নমঃ।
৫। তদনুগত শ্রীগম্ভীরসিং মাহারাজ চরণ কমলে ভোং নমঃ।
৬। তদনুগত শ্রীনরসিংহ মাহারাজ চরণ কমলে ভ্যোং নমঃ।
৭। তদনুগত শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মাহারাজ চরণ ককলে ভ্যোং নমঃ।
৮। তদনুগত শ্রীকু বড়াচাওবা সিংহ অমসুং স্নায়াইমা য়াইস্কুল লাকপা ওঝা।

১। শ্রীযুক্ত ওঝা প্রেমানন্দ, পুংসু জগোয়সু।
২। ,, ,, সোরুপ্পানন্দ, পুং।
৩। ,, ,, ধনীরাম, পুং।
৪। ,, ,, লাংলেনহনবা, পুং।
৫। ,, ,, কিত্না রূপা, পুং।
৬। ,, ,, কিত্না রাধা, পুং।
৭। ,, ,, তেনগুবা, ইশৈহনবা।
৮। ,, ,, ঠাকুর শ্যামা, পুং।
৯। ,, ,, শোগাইজাম্বা ভীমা, ইশৈ।
১০। ,, ,, চবুংবা তোলেন, পুং।
১১। ,, ,, হুইরোংবা রামানন্দ, পুং।
১২। ,, ,, ঙাংবম ইরাবন্ত সিংহ, ইশৈহনবা।
১৩। ,, ,, অথা রসানন্দ রাগ হৈবা, দীন রসানন্দ ইশৈ হন্ব।
১৪। ,, ,, লৌক্রাকপম ময়ুর ওম্বা, ইশৈ হনবা, জগোয়সু।
১৫। ,, ,, লাইরিক য়েংবম হেরামনি, ইশৈহনবা।
১৬। ,, ,, অথাম রঘু সিংহ, ইশৈহনবা।

১৭। শ্রীযুক্ত ওঝা নাপেৎ খেলেম্বা, ইশৈহনবা।
১৮। ,, ,, য়েংথোম রুদ্র সিংহ, পুং।
১৯। ,, ,, সিনাম ইন্দ্র সিংহ, পুং।
২০। ,, ,, য়ুমনাম যদুনাথ সিংহ, পুং।
২১। ,, ,, হুইদ্রোম কুলধ্বজ সিংহ, পুং।
২২। ,, ,, অথাম গোপাল সিংহ, পুং।
২৩। ,, ,, লৈমপোকপা পিবা, পুং।
২৪। ,, ,, ঠাকুর লৈহাও থাবা পুং।
২৫। ,, ,, শিঙ্গাবা দেৱান, পুং।
২৬। ,, ,, সাপম গৌরাঙ্গ, পুং।
২৭। ,, ,, লৈশংথোম্বা স্না, পুং।
২৮। ,, ,, খুম্বোং পঙ্গোই সিংহ, পুং।
২৯। ,, ,, ঠাকুর পুষ্কারিহল, পুং।
৩০। ,, ,, য়ুমখাইবা থাংজ পুরেন, ইশৈহনবা।
৩১। ,, ,, সনা তিঙ্গোং, পুং।
৩২। ,, ,, লাইশ্রবা লমদম্বা, পুং।
৩৩। ,, ,, মুত্বা কৈরুংবা, পুংস্থ ইশৈস্থ।
৩৪। ,, ,, নোংমাইথেম সঙ্গাসিংহ, পুং।
৩৫। ,, ,, য়ুমনাম শামু ঙম্বা, পুং।
৩৬। ,, ,, স্না য়াইস্কুল লাকপা, পুং।
৩৭। ,, ,, হিজম লোকনাথ, পুং।
৩৮। ,, ,, লৈমপোকপা থাবল, পুং।
৩৯। ,, ,, থৌরানিশাবী, পুং অমসুং জগোয়।
৪০। ,, ,, লোৱেনবম আনন্দসিং, বাবাজি, পুং।
৪১। ,, ,, স্না চন্দ্রহাস, পুং।
৪২। ,, ,, ওইনাম যোমান্দার, পুং।
৪৩। ,, ,, পুলিন দাস, ইশৈহনবা।

৪৪। শ্রীযুক্ত ওঝা অয়েকপম লৈপাকমচা, ইশৈহনবা।
৪৫। ,, ,, চূড়াসিংহ কোসসম, ইশৈহনবা।
৪৬। ,, ,, ঙাংবম ভুবন সিং, ইশৈহনবা।
৪৭। ,, ,, নোংথোম্বা মরৈ সিংহ, ইশৈহনবা।
৪৮। ,, ,, খোংবম মোইরাংনিংথৌ, ইশৈহনবা।
৪৯। ,, ,, ওইনা, ইশৈহনবা।
৫০। ,, ,, চিংঙাথম পুপ্রম্বা, ইশৈহনবা।
৫১। ,, ,, ঠাকুর নিত্যানন্দ শর্ম্মা, ইশৈহনবা।
৫২। ,, ,, মবুথৌ মোইরাংনিথৌ, ইশৈহনবা।
৫৩। ,, ,, স্না থাংকোকপা, ইশৈহনবা।
৫৪। ,, ,, স্না মচাইবুংনো নিংথেম, ইশৈহনবা।
৫৫। ,, ,, কোতুম মুনি, পুং।
৫৬। ,, ,, নোনাই বাবাজি, পুং।
৫৭। ,, ,, নোংমাইথেম স্নাতোন, পুং।
৫৮। ,, ,, নোংমাইথেম অবুংহন, পুং।
৫৯। ,, ,, হাওবম গোপাল সিংহ, পুং।
৬০। ,, ,, অঙোম অঙোপানবা, পুং।
৬১। ,, ,, অঙোম স্নাজাওবা, পুং।
৬২। ,, ,, নোংমাইথেম সনাহন, পুং।
৬৩। ,, ,, ঠাকুর কাহ্নাথ শর্ম্মা, পুং।
৬৪। ,, ,, অঙোম নিত্যায়, পুং।
৬৫। ,, ,, চোংথাম শামুঙম্বা, পুং।
৬৬। ,, ,, লাইশ্রবা তোঞ্জাও, পুং।
৬৭। ,, ,, হাওবম গোপাল, পুং।
৬৮। ,, ,, য়ুমনাম চাওবহন অমু, পুং।
৬৯। ,, ,, হাওবম শামু, পুং।
৭০। ,, ,, থোকচোম অঙাহন, পুং।

৭১। শ্রীযুক্ত ওঝা য়াহেংবা মাইচাম্বা, পুং।
৭২। ,, ,, মোইরাংথেম্বা হিদং, পুং।
৭৩। ,, ,, ক্ষেত্রি চাওবা, পুং।
৭৪। ,, ,, লাইশ্রবা থদাং, পুং।
৭৫। ,, ,, চোংথাম বেজ্জুল, ইশৈহনবা।
৭৬। ,, ,, ময়াম্বুং ডুমব্রসিং, ইশৈহনবা।
৭৭। ,, ,, পোৎশংবম বোকুল সিংহ, ইশৈহনবা।
৭৮। ,, ,, নামবম খোংলেন, ইশৈহনবা।
৭৯। ,, ,, য়ুমনাম নাতুম্বা, ইশৈহনবা।
৮০। ,, ,, য়ুমশংবী মচা রাজকুমার, ইশৈহনবা।
৮১। ,, ,, নিংঙোমবা গৌরি সিংহ, ইশৈহনবা।
৮২। ,, ,, তোমবুং সনা, পুং।
৮৩। ,, ,, হাওবম সুব্দার মেজর, পুং।
৮৪। ,, ,, রসমন সিংহ, পুং।
৮৫। ,, ,, সনা পঞ্জাবী, পুং।
৮৬। ,, ,, কৈথেল্লাকপম ভুবন সিংহ, পুং।
৮৭। ,, ,, নাওরেম ধোজ সিংহ, পুং।
৮৮। ,, ,, লৈচোম কোইরেং সিংহ, পুং।
৮৯। ,, ,, নিংথৌজম মধুমঙ্গল সিংহ, পুং।

মণিপুরগী পুংয়ৈবা, ইশৈ শকথিবা অফাওবা
কয়াগী মমিং লৌখংচরি।

১। শ্রীযুক্ত ওঝা থোকচোম শ্যামকেশ্বর সিংহ।
২। ,, ,, কৈশাম অঙাংজাও সিংহ।
৩। ,, ,, ঠাকুর সতীন।
৪। ,, ,, অঙোম ফময়ৈ, অরিবগী।
৫। ,, ,, থৌবাল নিংঙোম্বম কৈকয় সিংহ।

৬। শ্রীযুক্ত ওঝা কোলুবা, অরিবগী পুং।
৭। ,, ,, সোবাম লাবা, পুং।
৮। ,, ,, থাংজম খোমদন, পুং।
৯। ,, ,, ক্ষেত্রি তোমবুং সিংহ, পুং।
১০। ,, ,, তোংব্রা থাবন সিংহ, পুং।
১১। ,, ,, য়ুমনাম কেস সিংহ, ইশৈ হনবা।
১২। ,, ,, থাংজম তোন সিং, পুং।
১৩। ,, ,, ধনঞ্জয় সিং, ইশৈ।
১৪। ,, ,, ভখেল তোলেন, ইশৈ।
১৫। ,, ,, হাওজো, ইশৈ।
১৬। ,, ,, থোদাম মদন, ইশৈ।
১৭। ,, ,, হংনাইবা, ইশৈ।
১৮। ,, ,, ধন সিং, ইশৈ।
১৯। ,, ,, লৈমপোকপা জয় কৃষ্ণ সিং, ইশৈ।

## বঙ্গদেশ

১। শ্রীযুক্ত খোমদ্রাম ওঝা লৈশং, পুং।
২। ,, অখোকপম মেরা সিং, পুং।
৩। ,, ওঝা লাইশ্রম চাওব সিংহ পুং।
৪। ,, য়ুমনাম ওঝা তোলমু সিংহ ইশৈ।
৫। ,, কৈশাম ওঝা য়াইমা সিংহ, ইশৈ।

## নট পালাগী পুংগী ইশৈগী ওঝাশিং।

১। শ্রীযুক্ত ওঝা লাইশ্রম হেম সিংহ, পুং।
২। ,, ,, খোকচোম মনাও, পুং।
৩। ,, ,, নোংথোংম্বা গুলাপ, পুং।
৪। ,, ,, ব্রাহেংবম খোংশাংবা, পুং।

৫। ওঝা কবোরম্বম শ্নারোক হঞবা, পুং।
৬। ,, ,, থিংবাইজম চাওবা সিংহ, পুং।
৭। ,, ,, থিংবাইজম পাতন সিং, পুং।
৮। ,, ,, কোনসম নোংম্নাই সিং, পুং।
৯। ,, ,, কোনসম নোংঙাল সিংহ, পুং।
১০। ,, ,, হাওবম চাওবী সিংহ, পুং।
১১। ,, ,, কোংখাম অঙাংজাও সিংহ, পুং।
১২। ,, ,, ঠাকুর তবোপ শর্ম্মা, পুং।
১৩। ,, ,, ঠাকুর গোপাল শর্ম্মা, পুং।
১৪। ,, ,, ঠাকুর অকোই শর্ম্মা, পুং।
১৫। ,, ,, ঠাকুর থোমদন শর্ম্মা, পুং অমসুং জগোয়।
১৬। ,, ,, ঠাকুর অমুদন শর্ম্মা, পুং অমসুং জগোয়।
১৭। ,, ,, রমন সিং, পুং।
১৮ ,, ,, নিংথৌ সিং, পুং।
১৯ ,, ,, লাইশ্রম চাওদন সিং, পুং।
২০ ,, ,, খাইদেম পিশুমথোং, পুং।
২১। ,, ,, চবুংবম চাওবা সিং, পুং।
২২। ,, ,, অহৈবম চাওবা সিং, পুং।
২৩। ,, ,, থাংজম শৈল্য সিং, পুং।
২৪। ,, ,, লৌক্রাকপম নিংথৌ সিং, পুং।
২৫। ,, ,, মোইরাংথেম পাবুং সিং, পুং।
২৬। ,, ,, তেনবা সিংহ, পুং।
২৭। ,, ,, থানিন সিংহ, পুং।
২৮। ,, ,, শমদেন সিংহ, পুং।
২৯। ,, ,, লৈমপোকপা তোম্বা সিংহ, পুং।
৩০। ,, ,, কবোরম্বম অঙাংজাও সিং, পুং।
৩১। ,, কাংজম বোকুল সিংহ, পুং।

৩২। শ্রীযুক্ত ওঝা সনা সনাপতি, পুং।
৩৩। ,, ,, শগোনশেম শাজৌ সিংহ, পুং।
৩৪। ,, ,, সনখ্বা অমুশ্মা রাঃ, পুং।
৩৫। ,, ,, কৈশাম কোকলৈ, পুং।
৩৬। ,, ,, অমুশ্মা রাজকুমার, পুং।
৩৭। ,, ,, কাবা সিং, পুং।
৩৮। ,, ,, জম্ম´ সিং রাথম, পুং।
৩৯। ,, ,, নাওরেম স্বরোক, পুং।
৪০। ,, ,, খুনাইজম তোম্বা, পুং।
৪১। ,, ,, অহৈবম ভালোক সিং, পুং।
৪২। ,, ,, লাইশ্রম সুর সিং, পুং।
৪৩। ,, ,, পেবম চাওবা সিং, পুং।
৪৪। ,, ,, নোংমৈকাপম অঙাতন সিং, পুং।

## নট পালাগী ইশৈগী ওঝাশিং অফাওবা।

১। শ্রীযুক্ত ওঝা অয়েকপম লৈবাকমচা সিংহ, ইশৈ।
২। ,, ,, চিংঙাথম গোকুল সিং, ইশৈ।
৩। ,, ,, নিত্যানন্দ ধামান্দি গুরু জয়পত্র, ইশৈ।
৪। ,, ,, তোনজম বিলাতি, ইশৈ।
৫। ,, ,, থোকচোম দেৱাল, ইশৈ।
৬। ,, ,, নোংথোম্বা ফুল, ইশৈ।
৭। ,, ,, কোঞ্জেংবা হাজারি, ইশৈ।
৮। ,, ,, নোংথোম্বা মরৈ, ইশৈ।
৯। ,, ,, কোঙ্গম চুড়া সিং, ইশৈ।
১০। ,, ,, নারুংবা, ইশৈ।
১১। ,, ,, মোইরাং নিংথৌ, ইশৈ।
১২। ,, ,, নাওশেকপম তুমন, ইশৈ।

১৩। শ্রীযুক্ত ওঝা রাংথৈ মেলৈ, ইশৈ।
১৪। ,, ,, কোন্থৌজম অঙাংমচা, ইশৈ।
১৫। ,, ,, থুরাইজম অঙাংজাও, ইশৈ।
১৬। ,, ,, থোকচোম তোম্বাও, ইশৈ।
১৭। ,, ,, স্নাতোন হেমেন্দ্রজিৎ স্নাহন, ইশৈ।
১৮। ,, ,, নিত্যায়পাৎ স্নাজাওবা, ইশৈ।
১৯। ,, ,, ইরোম চাওবা সিংহ, ইশৈ।
২০। ,, ,, কোন্থৌজম তোম্বচৌ, ইশৈ।
২১। ,, ,, স্নখ্বা কাকোক থনবা, ইশৈ।
২২। ,, ,, নামবম লৈশং, ইশৈ।
২৩। ,, ,, লাইশ্রম মাঙ্গোলজাও, ইশৈ।
২৪। ,, ,, নোংমাইথেম চায়গোয়, ইশৈ।
২৫। ,, ,, শম্বালদোরা চাওবা, ইশৈ।
২৬। ,, ,, লোইতাম ঝুলন সিং, ইশৈ।
২৭। ,, ,, চিংগাগবম মোনো সিং, ইশৈ।
২৮। ,, ,, থোংবম চাওবা, ইশৈ।
২৯। ,, ,, নাওরোইবম কমল সিং, ইশৈ।
৩০। ,, ,, থোকচোম অঙৌ সিং, ইশৈ।
৩১। ,, ,, অহৈবম অঙৌ সিং, ইশৈ।
৩২। ,, ,, রাজকুমার খুম্বোংচাও চাওবা, ইশৈ।
৩৩ ,, ,, সৌবাম অঙৌ সিং, ইশৈ।
৩৪। ,, ,, শংব্রৈ শিং, ইশৈ।
৩৫। ,, ,, নিংথৌখোংজম চাওমচা, ইশৈ।
৩৬। ,, ,, কোংব্রাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মা, ইশৈ।
৩৭। ,, ,, এলাংবম অঙাংমচা, ইশৈ।
৩৮। ,, ,, নিংথৌখোংজম অঙৌ সিং, ইশৈ।
৩৯। ,, ,, থাংজেনবম মুখসিং, ইশৈ।

৪০। শ্রীযুক্ত ওঝা চিংগুবম তোম্বি সিংহ, ইশৈ।
৪১। ,, ,, খোইবম ধন সিং, ইশৈ।
৪২। ,, ,, এলাংবম অঙাংমচা, ইশৈ।
৪৩। ,, ,, অরিবম তোলচৌ শর্ম্মা, ইশৈ।
৪৪। ,, ,, রাহেংবম লমদেং চাওবা, ইশৈ।
৪৫। ,, ,, ঠ্যকুর মচাতোন শর্ম্মা, ইশৈ।
৪৬। ,, ,, চঙ্গেমতোন সিং অয়েকপম, ইশৈ।
৪৭। ,, ,, হাওবম গোপালমচাৎ অপাবী, ইশৈ।
৪৮। ,, ,, থিংবাইজম তোম্বোই, ইশৈ।
৪৯। ,, ,, য়াইস্কুল সনামচা, ইশৈ।
৫০। ,, ,, সনা মেম্বর রাজকুমার, ইশৈ।
৫১। ,, ,, খোকচোম সনাজাওবা, ইশৈ।
৫২। ,, ,, থাংজম মনিক, ইশৈ।
[illegible]। ,, ,, থোইদিংজম ইবোহল, ইশৈ।
৫৪। ,, ,, মঙ্গিময়ুম সনাতোম্বি, ইশৈ।
৫৫। ,, ,, কোঙ্গেং তোয়াইমা, ইশৈ।
৬। ,, ,, কালি চাওবা, ইশৈ।
৫৭। ,, ,, নিংঙোম্বম শামু সিং, ইশৈ।
৫৮। ,, ,, নোংথোম্বম চাওবা সিং, ইশৈ।
৫৯। ,, ,, নিংঙোম্বম অমুবী, ইশৈ।
৬০। ,, ,, নিংঙোম্বম চাওবা সিংহ, ইশৈ।
৬১। ,, ,, খোমদ্রাম ইবোহন সিং, ইশৈ।
৬২। ,, ,, গোলাপচাও সিং, ইশৈ।
৬৩। ,, ,, ক্ষেত্রি শামু সিং, ইশৈ।
৬৪। ,, ,, লাইরিকয়েংবম মনি, ইশৈ।
৬৫। ,, ,, চবুংবম চাওমু সিং, ইশৈ।
৬৬। ,, ,, অভিরাম শাবা শর্ম্মা, ইশৈ।

৬৭। শ্রীযুক্ত ওঝা থম্বালঅঙৌ তখেল্লম্বম, ইশৈ।
৬৮। ,, ,, লৈমপোকপম হেরাচন্দ্রো, ইশৈ।
৬৯। ,, ,, ঙাইখোং লৈপাকমচা, ইশৈ।
৭০। ,, ,, কালিদমন সিং, ইশৈ।
৭১। ,, ,, কৃষ্ণদাস হুইরেম, ইশৈ।
৭২। ,, ,, চন্দ্রসিং নারল কোঞ্জিন, ইশৈ।
৭৩। ,, ,, অতোন পিশক লাইশ্রম, ইশৈ।
৭৪। ,, ,, নাওরেম দামু সিং, ইশৈ।
৭৫। ,, ,, লক্ষন সিং অমাকচম, ইশৈ।
৭৬। ,, ,, বামন কুলচন্দ্র শর্ম্মা, ইশৈ।
৭৭। ,, ,, রাজকুমার পালান্দ স্না, ইশৈ।
৭৮। ,, ,, ককৃরা চুড়াসিং, ইশৈ।
৭৯। ,, ,, শিতল সিং, ইশৈ।
৮০। ,, ,, নাওরেম অঙৌ সিং, ইশৈ।
(অসিনচিংবা ইশৈগী ওঝাশিং)।

সঙ্কীর্ত্তণ চোলন হৌদোকখিবা ঐতিহাস মতেক খজিক্কং।

শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মাহারাজগী স্না হাকতক্তা শ্রীযুৎ স্না পুকনিংগী পেল্দবা রাজ মেলগী চোলন অসিগীদমক সঙ্কীর্ত্তণগী ওঝাশিং পুন্নমক্তা স্না য়াথং তৌরকই— ওঝাশিং পুন্নমক তাবিয়ু, মরমদি ঐখোয়গী সঙ্কীর্ত্তণ অসিগী রাজমেল অসি মওং থরদং শেমদোকনিংই, য়েৎ ওই নাইনা হায়না হুমনা ফজহনবা পামগ্নেদা। মসিবু শ্রীগোবিন্দগী কৃপা লৈবা ওঝাশিং ঙাক্তনি, তান্নবিতুনা অমুতং থোকহনবিয়ু, হায়বা স্না য়াথং তৌরকপদা ওঝাশিং পুন্নমক লু-লুকথনা রাখল তৌনরকই। ওঝাশিংগী রাখমা লাম্বা ক্লংনরকত্রবদা, ওঝা শরোং-খাইবম শেংগুম্বা হায়বা ওঝা অসিনা স্না মাংদা চোংথোকতুনা খুকউ লৈখাতানা, খুৎলোম্নহুনা স্নাচরন্দা হঙ্ৎচৈ— শ্রীযুৎ মাহারাজ

ইবুংঙো সনা চয়ন্দা তাজরি, ননাইবু থা অমা অনিদং লালুপ থাদোকপিয়ু, সুনায়াথং তাকপিরিবা রাজ মেল চোলন অসি শ্রীগোবিন্দগী কৃপা লৈবরা য়েংজগে। অসি হায়না হঙ্গৎলবদা শ্রীযুতনা চানবিহুনা, ওঝা হুংঙাইদা ঙসিদগী হৌহুনা কুম্মো, মসি হেক থোকত্রিফাওবা ওঝাগী লালুপ কারগনু হায়না সনা য়াথং তৌবিরে। ওঝানা য়ুমদা কুমলকলগা মীত্তা পী তানা, শ্রীগোবিন্দগী চরণ কোন্দুনা সাধন তৌরকই। মসুম তৌহুনা মতম কয়া চাদ থক্তনা হোৎনরকই। ওঝাগী সাধনাদা শ্রীগোবিন্দনা পেনবীহুনা কৃপা মঙাল ফংহল্লে অমসুং রাজমেলগীদা নত্তনা, রাজমেল মেলকুপনচিংবা পুম্নমক ওঝাগী থম্মোইদা ঙাল্লে। মতম থা অনি শুদ্রিভৈদা ওঝা অসিনা চেনখৎলক্তুনা সনা চয়ন্দা তুররে। শ্রীযুৎনা ওঝা কমদোরে? শ্রীযুৎ ইবুংঙো সনা নোংদমবিগদবা মঙায়রে, ননাই পুজরক্লে। মাহারাজনা সনা পুকনিং পেল্লহুনা ওঝাশিং ময়াম মমাংদা তৌরসি হায়না, শ্রীযুত লেংথোক্তুনা ওঝানা ময়ামগী মাংদা চোংথোক্তুনা রাজমেল চোলন তৌথি। ওঝাগী চোলন অসি উবদা শ্রীযুতনচিংবা ওঝাশিং ময়াম্না য়াম্না পেল্লহুনা, শ্রীযুৎনা ওঝাবু কোনহুনা— ওঝা কনানা তম্বি, শ্রীগোবিন্দগী কৃপা শ্রীযুৎ ইবুংঙোগী কৃপা, হুংঙাইদা ওঝা নহাক্তী ওঝাদি ঐনি, ঙসিদগী হৌহুনা ওঝাগী মনা বথুম শুনা ফংজরো, লৈপাকমচা পুম্নমক ঙসিদগী হৌনা ওঝাগী চোলন অসি তৌরগদবনি। মসিদগী হৌনা রাজমেল চোলন থোকখি। মতুংদা হাওরোকচম ওঝা শামু সিংনা ঐনা করি তৌরমশিগে হায়না খনবদা রাজমেল চোলন অরৈবি হৌদোকলমই। মসুম তৌনা চৎথরকপনা হৌজিক মাংদা উরিবা অসিনি। ঐথোয় পুম্নমক্না ওঝা অসিগী লমন শিংঙমদবা লৈরবনি। সঙ্কীর্ত্তণগী ইচিন ইনাওশিংনা। মরম অমনা ইশৈগী রাগ রাগিনী হৌদোকলম্বা ওঝানা অথাম ওঝা দীনরসানন্দনি। লালসা ঠাকুর মহাশয়গী পাওতাক ৬৬ অসি লোইতাম ওঝা রসিকাছন্দনন্দনি। পুং পুং য়ৈবা হৌদোকলম্বনা কিয়াম্বা মহারাজগী হাকতক্তা কীর্ত্তণায়া

সুক্রু লাইরিক য়েংবম ওঝানি। প্রপ্র তেম্না থেন থিন হায়বা রাগ অসি অমসুং সঞ্চার থিন ত্রপ্রতেন তাং তেম্না টক খিং তাং হায়বসি অতুগা রাজমেলগী গিম্নপ্র থেং থেং থেন টক হায়বসি হায়না লৈরবনি।

## তুহারগী চোলোন হৌদোকলম্বা ওঝা।

শ্রীশ্রী ১০৮ শ্রীগোবিন্দজীউ শ্রীচরনাবিন্দে ভ্যোং বমঃ।

তদনুগত শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি ম্যহারাজ চরণ কমলে ভ্যোং নমঃ।

১। তদনুগত শ্রীযুক্ত ওঝা শরোংখাইবম শেংগুম্বা সিংহ সঙ্কীর্ত্তণ রাজমেল চোলনগী ওঝা অসিনি।

২। মতুংদা রাজমেল চোলম অরৈবী হৌদোক্লম্বা ওঝানা তদনুগত শ্রীযুক্ত হাওরোকচম শামু সিংহ ওঝা অসিনি।

তদনুগত—

৩। শ্রীযুক্ত ওঝা শরোংখাইবম শাজৌবী, তুহার।
৪। ,, ,, রাজকুমার বলরাম শাবা, তুহার।
৫। ,, ,, ঠাকুর থোংজাই শর্ম্মা, তুহার।
৬। ,, ,, কাণ্ডবম ইন্দ্র সিংহ, তুহার।
৭। ,, ,, নিলবির সিংহ, তুহার।
৮। ,, ,, শাপম চাওবা সিংহ, তুহার।
৯। ,, ,, খোইবম তিঙ্গোং সিং, তুহার।
১০। ,, ,, কৈশাম অতো শিং, তুহার।
১১। ,, ,, কাণ্ডবম নাত্র সিং, তুহার।
১২। ,, ,, ঠাকুর সনাজাওবা শর্ম্মা।
১৩। ,, ,, কোঞ্জেংবম সংগুম সিং, তুহার।
১৪। ,, ,, অথা খুদোম্বি, তুহার।
১৫। ,, ,, হাওবম অমুবা, তুহার।
১৬। ,, ,, উত্তর সনা রাজকুমার, তুহার।

১৭। শ্রীযুক্ত ওঝা ক্ষেত্রি অচৌ, ডুহার।
১৮। ,, ,, ঐজ্জা ইশৈহনবা, ডুহার।
১৯। ,, ,, খুলেম অঙাংমচা, দহার।
২০। ,, ,, হাওরুংবম তোম্বা, ডুহার।
২১। ,, ,, লৌখাম গোপালমচাৎ, ডুহার।
২২। ,, ,, শরোৎখাইবম ইবোচাওবা, ডুহার।
২৩। ,, ,, শরোৎখাইবম অঙাতন, ডুহার।
২৪। ,, ,, পুথ্রম্বম অমুবী, ডুহার।
২৫। ,, ,, এংখোম মঙ্গোল সিং, ডুহার।
২৬। ,, ,, চুংখাম থম্বালঅঙৌ সিং, ডুহার।
২৭। ,, ,, সিনাম তোম্বা সিং ডুহার।
২৮। ,, ,, হমোম তোম্বা সিং, ডুহার।
২৯। ,, ,, তোনামবম চাওবা সিং, ডুহার।
৩০। ,, ,, চাওতোন সনা রাজকুমার, ডুহার।
৩১। ,, ,, থাংজম চাওবা সিংহ, ডুহার।
৩২। ,, ,, শরাংথেম গোলামজাৎ সিং, ডুহার
৩৩। ,, ,, মাইবম ইবোহন সিং, ডুহার।
৩৪। ,, ,, ময়াংলম্বম ইবোবী সিং, ডুহার।
৩৫। ,, ,, এংখোম নীলমনি সিং, ডুহার।
৩৬। ,, ,, হিজম চাওবা সিং, ডুহার।
৩৭। ,, ,, থাংজম অঙাংহন সিং, ডুহার।
৩৮। ,, ,, সলাম অমুনিংথৌ সিং, ডুহার।
৩৯। ,, ,, শমজেৎশাবম ইবোচৌ, ডুহার।
৪০। ,, ,, কোঞ্জেংহম ধন সিংহ, ডুহার।
৪১। ,, ,, পুথ্রম্বম ইবোমচা, ডুহার।
৪২। ,, ,, হুইদ্রোম চাওবা, ডুহার।
৪৩। ,, ,, কৈরোইজম থম্বাল সিং, ডুহার।

৪৪। শ্রীযুক্ত ওঝা ফোলচান্দ সিংহ খাইদেম, হুহার।
৪৫। ,, ,, খিজুজম শামুঅঙোবা সিংহ, হুহার।

## চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তক্তা মনোহর সাই হৌদোকলমবা ওঝাশিং।

১। শ্রীযুক্ত ওঝা গৌরাচান্দ গোস্বামী।
২। ,, ,, ব্রহ্মানন্দ গোস্বামী।
৩। ,, ,, ক্ষেত্র মুহন গোস্বামী।
৪। ,, ,, গদাধর গোস্বামী।

## মণিপুরগী ওঝাশিংনা

১। শ্রীযুক্ত ওঝা মাইবম কৈষ্ণা সিং।
২। ,, ,, চিংঙাখম মেরি সিং।
৩। ,, ,, নোংমাইথেম তোলেন সিং।
৪। ,, ,, হুইদ্রোম ঋুলনমচা সিং।
৫। ,, ,, মমাকইবুংঙো খুমজাও পুরেন্দ।
৬। ,, ,, তোংব্রা ভরু সিং।
৭। ,, ,, পেবম ওঝা।
৮। ,, ,, শগোনসেম তোম্বা সিং।
৯। ,, ,, মাইবম রাইমবি সিং।

## বাঙ্গলা দেশতা ফাওখিবা ওঝা

১। শ্রীযুক্ত ওঝা চাপা ঠাকুর।
২। ,, ,, দামুদোর দাস বাবাজি।
৩। ,, ,, রাইমবি, অহম অসিনি।
৪। ,, ,, লাইশ্রম কুলবিধু সিং।
৫। ,, ,, লাইশ্রম গোপাল সিং।

৬। শ্রীযুক্ত ওঝা ভাঙোম যোগিন্দ্র সিং।
৭। ,, ,, নামবম পাকা সিং।
৮। ,, ,, নোংমাইথেম তোম্বা সিং।
৯। ,, ,, নোংথোম্বম য়াইমবি সিং।
১০। ,, ,, য়াইস্কুল মনামচা, অম্বিনচিংবা।

## ভবজা খোনমী ওঝা

১। শ্রীযুক্ত ওঝা শগোনশেম তোম্বা।
২। ,, ,, ঠাকুর স্বেবতি শর্ম্মা।
৩। ,, ,, গুরু অরিবম তোলচৌ শর্ম্মা।
৪। ,, ,, ঠাকুর অরিবম তোলেন শর্ম্মা।
৫। ,, ,, ঠাকুর ভখেনচংবম বিহারি শর্ম্মা।
৬। ,, ,, হাওবম গোপালমচা সিং।
৭। ,, ,, কৈসাম বিষরূপ সিং। (অতৈ ইজম্রে)

## মণিপুর যাত্রারালিগী ওঝা

১। শ্রীযুক্ত ওঝা কুঞ্জা মিশ্র।
২। ,, ,, গোবিন্দমোহন শর্ম্মা।
৩। ,, ,, কলাযাৎ মাইশ্নাম থম্বৌ সিং।

## শ্রীগোবিন্দজীউগী হলি অফাওবা

১। শ্রীগোবিন্দগী নাপু পালা।
২। য়াইস্কুল যোগী হলি।
৩। য়াংখে হোলি, শ্যামা ব্রজা বাসি।
৪। বিজয় গোবিন্দ হলি।
৫। থুরাইগী হলি।
৬। লম্মাবম লৈকাই হলি।
৭। শিংজমৈ হলি।

৮। শগোনবন্ধ হলি।
৯। খু্বাই হলি মৈতৈরোল।
১০। কাঙাবম লৈকাই মৈতৈরোন হলি।
১১। কোংবা মদন মোহন হলি।
১২। খুরাই নামাবলি হলি।
১৩। চিংঙা মখা হলি।

লেজর য়ৈবা হৌদোকলম্বা শ্যামা ব্রজবাসিননি। মতুংদা ব্রজ-বলিনচিংবা কয়া কয়া হৌদোক্লখি, অতৈ কয়াদি ইজত্রে।

## খুবাক ইশৈ হৌদোকপা ওঝা।

শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ হাকতক্তগী লৈরবস্নু মতুংদা শ্রীযুক্ত চূড়াচান্দ মাহারাজগী হাকতক্তা শ্রীযুক্ত চিংঙাখম নোংথোম্বনা হৌদোকখি। পুংগী ওঝা য়ুমনাম চাওবহন অমুবনি। য়াইস্কুল স্নামচানা অভিনয় হৌদোকপা। মতুংদা খু্বাই, য়াইস্কুল, খুরাই, রাংথৈ, পানা মরি॥ ওঝাশিং পুন্নমকনা মথং মথং অমুক হেন্না ফজহনখি। মুপীগী, মুপাগী মচা থায়না ওম্বোকনা ফজরবা সঙ্কীর্ত্তণ অমা লৈখা তাখিবসি খন্নবিফম থোকই।

## জগোয়গী ওঝা রাসগী
## শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মাহারাজ ওঝা।

(তদনুগত)

১। খুম্বোং ওঝা।
২। শ্রীরূপ সরূপানন্দ ওঝা।
৩। ঙাংবম পরমানন্দ ওঝা।
৪। রাজকুমার চন্দ্রহাস ওঝা।
৫। থোকচোম মরৈ ওঝা।
৬। শ্রীযুক্ত ওঝা ঠাকুর থৌরানি শাবী।

৭। শ্রীযুক্ত ওঝা গুরু নিত্যায়নন্দ শর্ম্মা।
৮। ,, ,, হুইদ্রোম ঝুলন মচা সিং।
৯। ,, ,, থোকচোম অঙাহন সিং।
১০। ,, ,, ঠাকুর গৌরচন্দ্র শর্ম্মা।
১১। ,, ,, শেনজম অঙৌতোন সিং।
১২। ,, ,, কোনসম নোঙাল সিং।
১৩। ,, ,, অচোম ইবুঙোহন সিং।
১৪। ,, ,, অচোম ভদ্র সিং।
১৫। ,, ,, ঠাকুর কহ্নাই শর্ম্মা।
১৬। ,, ,, তোমপোক সিং, ওঝাশিং অসিনাচিংবা।

## জগোয়গী ওঝা চিংথহৌবা

১। শ্রীযুক্ত ওঝা লৌক্রাকপম ময়ুমঙম্বা. ইশৈশু জগোয়সু।
২। ,, ,, পুংয়ৈবা ঠাকুর কহ্নায় শর্ম্মা।
৩। ,, ,, খোমদোন শর্ম্মা, জগোয়।
৪। ,, ,, অমুদন শর্ম্মা, জগোয়।
৫। ,, ,, মাইস্নাম অমুবী সিং।
৬। ,, ,, হাওবম তোম্বা সিং।
৭। ,, ,, অথাম তোম্বা, জগোয়।
৮। ,, ,, অকেস্না রাজকুমার, অসিনচিংবা অঝাশিং।

## কোকয়েং য়েংপা ওঝা

১। শ্রীযুক্ত মাহারাজ গরবনিরাজ হাকতক্তগী কোকয়েং য়েংপা হৌরে।

তদনুগত

২। শ্রীক্তযু ওঝা নরসিংহ মাহারাজ।
৩। ,, ,, চিংঙাখম্বা পুত্রম্বা।
৪। ,, ,, নোংথোম্বা বাবু সিং।
৫। ,, ,, সিনাম তোম্বা সিং।

৬। শ্রীযুক্ত ওঝা কোন্থৌজম ইবুংঙোহন সিং।
৭। „ „ খোমদ্রাম গোলামজাং সিং।
৮। „ „ তোনাম্বম চাওবা সিং।
৯। „ „ নিংঙোম্বম সেথ সিং।
১০। „ „ অহৈবম সাগর সিং।
১১। „ „ ফৈরোইজম মধুমঙ্গল সিং।
১২। „ „ কোঞ্জেংবম ধন সিং।
১৩। „ „ ওইনাম ইবোহন সিং।

## সঙ্কীর্ত্তণগী প্রেম মার্গ

মতাং অসিদা ইদবা য়াক্রছনা যোগ পীঠগী মরমদা থরদং গুরুজন শিংনা তত্বনি হায়না থম্বিরমই, কোংদোক্করমদে, মমীওইনা থম্বিরমই। জগৎপীতা শ্রীভগবান মহাক্কী লীলা প্রসদা শিবনা থোংদগী হেন্না চংবা ঙমদে। মরম অসিনা কীর্ত্তণ বিচারদা খোংহামফম থারিবা অসিনি। মহুংদা যোগপীঠ ইমাগী গর্ভ অনিনা তিন্নফম ওইবা অমতা মফম অদুবু বৃন্দাবণ হায়না কোংদোকই, মহুদগী সৃষ্টি ওইরক্লনা মপালদা হেক থোরকপদা শ্রীনবদ্বীপ হায়না অনৌবা দ্বীপ ওইররে। অনৌবা দ্বীপ অসিগী মহুংগী ময়াম অসিদি শ্রীগুরুগী কৃপা নত্তনদি কনানা থংফম থোকই হায়বসি মশানা তারবনি। মসিগী মরম থরদং শন্দোকচরি। খোংহামফমদা সদা শিব মুর্ত্তি লিঙ্গ ভগবান, নবদ্বীপতা অদ্বৈত মুর্ত্তিনা পুং পায়রিবা অসিনি। পুং অসিবু লিঙ্গ মুর্ত্তি ভগবাননি, জগৎপিতাগী মশকনি। বহিরঙ্গ অমসুং অন্তরঙ্গ মহুংদা অমা মপান্দ অমা অনি থোক্কা সাধক সিদ্ধক হায়না অর্থ লৌই। খোংহামফমদা লৈরিবা সদা শিববু গোপেশ্বর হায়না মিং থোনদুনা মহাক্কী পুজা কৎলিবা অসিনি। মহাক্কী সেবাগীদমক ভাগ্যবান ওইবা কালিদাস পণ্ডিতনি হায়না

নবদ্বীপকী সাধক্তা লৌই। মহুংগী মণ্ডলি মাঙোব মখোং ১২ অসি বৃন্দাবনগী দ্বাদশবন অমসুং থা ১২, রাশি ১২ নি। মাগুব মখোং ৮গী ওইরগা মণ্ডলিগা মাপল নবদ্বীপ নবদ্বার, ৮ দা ওইরগা অষ্টসখী অষ্ট মহন্ত ওইবদা হায়বদা অকাইবা লৈতে। মাইকৈ মরি চিংথৈগী বাসু-দেব, মৈয়ম, অনিরূদ্ধ, মোইরাংলাইজি, প্রত্যুম্ন কৌক্রু, সঙ্কর্ষণ ময়াইদা প্রেম অমসুং আনন্দ যোগপীঠ। অরাংদা কুবের অমসুং লক্ষ্মি ঠাকুরানি কুবেরপণ্ডিত যাবত গ্রাম, নবদ্বীপ, ঐ, অসিনা যাবততা মতম অত্তুকক্কি মথৈ হিংত্নুনা লৈরিঙৈ মতমবু যাবত কৌই। যাবততা শ্রীমতি রাধিকাগী লোয়নবি, সখীশিংগী মনাইগী মনাই ওইত্নুনা গুরুরূপা সখীগী তুংইঙবী ওইত্নুনা সাধনা তৌই। পুন্নমক প্রকৃতিনি হায়ত্নুনা প্রকৃতিগী ক্কিজেৎ লৌরি। পুরুষতি শ্রীভগবানতনি মরম অসিদগী শ্রীগৌরাঙ্গনা যোগ পীঠদগী পঞ্চ তত্ত্ব চিংথোক্লুনা হরি সঙ্কীর্ত্তণগী পঞ্চ তত্ত্ব শেমই। শ্রীগৌরাঙ্গ, নিত্যানন্দ, অদ্বৈত অমসুং শ্রীবাস, মুকুন্দ মঙা অসিনা দেহদগী পঞ্চ তত্ত্ব চিংথোকই। পুং য়ৈবা অনি অদ্বৈত অমসুং গোবিন্দ, ইশৈহনবা শ্রীবাস, দোহারবু নিত্যানন্দ, (মুকুন্দ) খোনপাংববু মুকুন্দ অমসুং (অভিরাম) খোমদোন চৎপবু গদাধরনি হায়না লৌনৈ। ভক্ত ময়াম্না পালা ওই, ভাবুক মকোক নিত্যানন্দ অনসুং মাধবেন্দ্র, পুরী। থাওমৈ থানবা, সেবা হরিদাস, গন্ধ চন্দন সেবা রামানন্দ, পানা সেবা, সরূপ, ধুব সেবা, জগদানন্দ, সন্তাশা শিবানন্দ শেন, অমসুং ভাণ্ডারি, রাঘবপণ্ডিত, সঙ্কীর্ত্তণগী মপু শ্রীমতি রাধিকা ভ.ব কান্তি শ্রীগৌরাঙ্গ অসুম্না লৌই অমসুং পঞ্চ তত্ত্ব পঞ্চ রস পঞ্চগব্য অহানবদা লৈচন্দন পানা ফংদ্রিবমথৈ সঙ্কীর্ত্তণগা মহুং চন্দ্রি হায়না খংনৈ। মতুংদা লৈচন্দন পানা ধুব দ্বীপ পঞ্চরস পঞ্চগব্যনা ফি অমসুং লৈপরেংনা বরিত্নুনা পঞ্চ তত্ত্ব চিংথোকই। মৈ, ইশিং, নুংশিৎ, আকাশ পৃথিবী মঙা অসি চিংথোক্লুনা শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী হুঁঙ্কারদগী হরি সঙ্কীর্ত্তণগী মুর্ত্তি গোর গোবিন্দবু নিরুপন তৌই। অসিগুম্বা যজ্ঞ অসি তৌবদা মাগুব বিচারদা মখোং নিপাল, মখোং ১২ অমসুং মখোং মরিদং

মুংলগসু তৌবা য়াই। চত্তুরদল, অষ্টদল, দ্বাদশ দল, ষড়ষ দল, পদ্মাকার অসিনচিংবা মণ্ডং কয়া শোকনা লৈনৈ। শাস্ত্রদা অসিগুম্নবা শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিত্যলীলা অসি জীবগীদমক অরানবা থুভম ফং-থিনবগীদমক লৈহৌরিবশিংনা অসিগুম্বা যজ্ঞ অসি তৌই। অসিগুম্নবা রসগী মশক ওইরবা নিত্যলীলা ভজন অসিবু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী থুপ্পদগী থুপপ্পবা, হাইদোক্লখিদ্রবা নাকোং অনিদগী হেনবা য়াদ্রে হায়না থম্বি-রম্বদগী শোইনা থিজিম্নরুদ্রে। অতুবু ঐনা খংজরুবা তমজরুবা খরদংদি কাওখিগদ্রা হায়না লাইরিক অসিদা ইশিনজৈ। থুপপ্রবা বৃন্দাবনগী প্রেমলীলা প্রেম রস রাস লীলা, রস মশক ওইরবা শ্রীরাধা গোবিন্দগী লীলাবু শ্রীগৌরাঙ্গগী কৃপাদগী গুরুদেব ভাগ্যচন্দ্র মাহারাজনা মহাক্কী প্রজা ওইরিবা জিবসিংগীদমক। শ্রীশ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন মাহা যজ্ঞঃ অসি জীবগী লানবিনবা নট পালানা সাধক ওইরগা শ্রীশ্রীমাহারাসনা যজ্ঞ:গী পোৎচং ওইতুনা শ্রীরাসেশ্বর শ্রীগোবিন্দগী চরন্দ রাস কীর্ত্তন হায়না কৎলমলে অমসুং থংহল্লমলে। অসিগুম্নবা তত্ত্ব অসি শ্রীভগবান শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা প্রেমলীলা, মথুরাদা জ্ঞান কর্ম্ম, দ্বারিকাদা থবক্তা উৎলমই, সংসারিক চৎলমই, শন্দোকলমই হায়বসি শ্রীব্যাস দেবগী শ্রীভাগবতনা সাক্ষিনি। মরম অসি লৈবনা শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনগী অহানবা-মক্তা শ্রীগৌরচন্দ্রিকা শক্তুনা শ্রীগৌরঙ্গবু আবাহন তৌরিবা অসিনি।

শ্রীগোবিন্দজিউগী নিরূপন তৌবা শ্রীসাপম লক্ষন সিংহ, শ্রীচুর্ত্তি লিংখৎপা ফাইরেল থাগী ৫ নি পানবা শ্রীপঞ্চমীদগী হৌখি। ইং শোক ১৭৭৬। মন্দির যাত্রা হুনবা পোইন্নুগী ২৩ পানবা ইরাই হুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ অভিশেক ইং শোক ১৭৭৯ দা তৌই।

শকাব্দ ১৬৯৮ দা কার্ত্তিক শুক্লা দ্বাদশ ইরাই হুমিত্তা রেবতি নক্ষত্রনা পানবদা শ্রীগোবিন্দ অর্বিভুত ওই।

ইবুঙোগী অভিষেক হুমিত্তা নট পালাগী ইশৈহনবা শ্রীযুক্ত ঙৌরাম শায় মতোন ইবুংঙো, পুং খোনখিবা শ্রীযুক্ত মাহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী

পুং খোৗগল তৌবা ভাংবম ওঝা প্রেমানন্দ সিংনী। দোহার চংখিবা মতোন ইবুংঙো শ্রীধরশায়নি। রাসগী মকোক চিংখিবা শ্রীমতি মাহারানি হরিমতীনি, থোৗরানি শাখিবা মচাইবেম্মা বিম্বাবতনি (শিজ্জ-লাইওইবিনি) রাসগী গোপীশিং থোমগত্তুনা রাসরী পালা লিংখৎখি। শ্রীযুক্ত নরসিংহ মাহারাজ স্না হাকতক্তা জলকেলী পালা লিংখৎখি অসিনচিংবা।

ইং ১৯১২ দা ৺পঞ্চ যুক্ত শ্রীচুড়াচান্দ হামারাজ স্না হাকতক্তা স্বর্গিয় ময়ামবুং ইবুংঙো বড় সেনাপতি জু: মৈ: রাজা ভুমত্র সিংহনা পালাহনগী ইশৈহনবা হাক্তক্তা, ওঝা খোলপাংবা ওইখিবা স্বর্গিয় শ্রীযুক্ত পোথশংবম বকুল সিংহনা মণিপুরগী ইশৈগী ওঝা পুন্নমক্কী অনুমত লৌদুনা অমসুং ওঝাশিং পুন্নমক্কা অমদি ব্রহ্ম সভাগী মতিক মগুণ লৈরবা পণ্ডিতশিংগা তান্নদুনা, নিংথৌ য়াওদুনা, চুমলে হায়না য়ান্নদুনা রাগ সূচী হায়বা লাইরিক অসি চুমথোক্তুনা, শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চরন্দা কৎপ্রবা লাইরিকনি। অসিগুম্নবা মতিক মগুণ লৈরবা লাইরিক্ক অসি পূজ্যপাদ ৺স্বর্গিয় শ্রীযুক্ত পোৎশংবম বকুল সিংহ, ঐগী গুরুদেব ইপা ইবুংঙোনা থম্বিরমদুনা পুথোকচৈ। তুংগী হৌরক্লিবা ইচিল-ইনাও পুন্নমক্কী মতেং খজিক কান্নগদ্রা হায়দুনা, অরাবা খিবিক খাং-জদুনা, ঐগী মরুপ শ্রীযুক্ত কোজেংবম ধন সিংহ দুহারগী মথুক্তা শিন্নজ্রে। মসিগী ময়েক অক্ষর লানবা, অহেনবা, অরাৎ-অপা য়াওরবম্নবসু অখণ্ডবনা চুমথোকপিরকপদা হরাওনা লৌজগনি। (গৌড়ীয় সমাজগী খুয়াখাদা নোল্লুক্বা চংজরি।) ইরি--

লেখক — শ্রীপোৎশং ইবুংঙোমচা সিংহ
কাকৈথেল, ইম্ফাল।

ফোংদোকচরিবা— শ্রীকোজেংবম ধন সিংহ।
সাং কৈশামথোং লাইশোম লৈরক, ইম্ফাল।

মণিপুরগী নট পালাগী ইশৈগী রাগ রাগিনী অসি শ্রীযুক্ত ওঝা অথাম রসানন্দনা শেমলমই হায়না ওঝাশিংনা তাকপিরমই।

# শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউ জয়তি

## ইশৈগী রাগ রাগিনীগী মশক মমিং অমম্বুং দাসিনিনচিংবা থরদং মথাদা ইজরি।

১। নোংমাইজিং চুমিংকী রাগ— মল্লব রাগ, পুরুষনী, মথাদা মাল্লব রাগগী রাগিনী।

১, ধানসী, ২, মানসী, ৩, রাম কেলি, ৪, সিন্ধুরা, ৫, আস্বাবরী, ৬, ভৈরবী। রাগিনী তরুক অসি মল্লব রাগগী রাগিনীনি।

২। নিংথৌকাবগী রাগ— মল্লার রাগ, পুরুষনী, মথাদা মল্লার রাগগী রাগিনী।

১, বেনাবলী, ২, পুরুবী, ৩, কানুড়া, ৪, মাধবী, ৫, কোড়া ৬, কেদারিকা। রাগিনী তরুক অসি মাল্লর গারগী রাগিনীনি!

৩। লৈপাকপোকপা চুমিংকি রাগ— শ্রীরাগ, পুরুষনী, মথাদা শ্রীরাগগী রাগিনী।

১, গন্ধারী, ২, সুভগা, ৩, গোরী, ৪, কৌমারী, ৫, বেলুরারী, ৬, বৈরাগী। রাগিনী তরুক অসি শ্রীরাগগী রাগিনীনি।

৪। য়ুমশকৈশ চুমিংকী রাগ— বসন্ত রাগ, পুরুষনী, মথদা বসন্ত রাগগী রাগিনী।

১, তুরী, ২, পঞ্চমী, ৩, ললিত, ৪, পঠ মঞ্জরী, ৫, গুঞ্জরী, ৬, বিভাষ। রাগিনী তরুক অসি বসন্ত রাগগী রাগিনীনি।

৫। শগোলশেল চুমিংকী রাগ— হিল্লোল রাগ, পুরুষনী মথাদা হিল্লোল রাগগী রাগিনী।

১, ময়ুরী, ২, দ্বিপিকা, ৩, দেশকারি, ৪, পাহিড়া, ৫, বড়ারী, ৬, মোরহাটী। রাগিনী তরুক অসি হিল্লোল রাগগী রাগিনীনি।

